৫০ সুবা চহী

# অরোইবা পাউদম

শ্রীহিজম গুনো সিংহ

হিঐচ, মনিহার সিংহ

লেখচুনা তাক্লিবা

গুণীনদ্রো সিংহ



02,3GUN
N8;1

লেংজবা

শ্রীহিজম গুনো সিংহ

শমজিনবা

ছিঐচ, মনিহার সিংহ

য়েকতুনা তাক্লিবা

গুণীনদ্রো সিংহ



নেশনেল বুক ট্রষ্ট, ইন্দিয়া

# ৱাহৌদোক

ভারতনা নীংতম্বা ফংবা চহী ৫০ শুরকপগা মরী লৈননা পাঙথোক্কদবা থৌরম পরেংশিংগী দমক্তা নেশনেল বুক ট্রষ্ট, ইন্দিযানা নীং-তম লানগা মরী লৈননা ইবা মণিপুরী উপন্যাস অমা খল্লগা ঐঙোন্দা মসিগী শমলপ্পা মশক অমা পীয়ু হায়না শিন্নবসিদা ঐগী য়াম্না নুংঙাইজবা ওইখি। অংগ্রেজশিংগী মায়োক্তা হৌখিবা নীংতম ঈহৌ নত্রগা লান্দা মণিপুরসু মসিগী ঙমজবা মওংদা শরুক য়াখ্রবসু সাহিত্যদদি মদুগী মমি অদুক হাক্লা কন্না তাবা উদে, মরু ওইনা নাটক অমসুং উপন্যাসতা। অদুবু হিজম গুনো সিংহগী উপন্যাস **অরোইবা পাউদম** না মসিগী ৱারীগী শরুক ওইনা নীংতম-লান্দা থৱায় কথোকখিবা শক্তম খর য়েকপদগী ঐনা উপন্যাস অসি খল্লি। অহৌবদা নীংতম-লানগী ৱাফম অসিনা মপূং ওইদ্রবসু উপন্যাস অসিগী মরু ওইবা শক্তমশিং শাগৎপদা নীংতম-লালহৌনা অচৌবা চৈথেং পীরি।

১৯৪২ গী মে থাগী ফজরবা অয়ুক অমদা জাপানগী প্লেনশিংনা ইম্ফালদা বোম থাদদুনা, সহরগী মী ওই খূদিংমক মশা মশা হিংননবা অরাপ অরাপ্পা খুঙ্গংগী লমদা চঙজফম থিনখি। মখোয়দুগী মরক্তা খ্বাই নাগমপালদগী লুখ্রা ওইরবী ইবেমচাউবী অমসুং মানা পোকচবা ইনখৎলক্লিবা সমরেন্দ্র অনীসু লাপ্লবা মোইরাং-খুনজাও তান্না লাক্তুনা শাজৌবা কৌবা অমগী য়ুমদা শাইদাংদুনা লৈখি।

শাজৌবগী ইমুংদা মাগী নুপী থাগোই, মচানুপী অনী, যমুনা অমসুং লৈমা অমসুং অমত্তা পোকচবা মচানুপা শেঙ্গোয় লৈ। ইংখোল অদুদা থুংলবগা সমরেন্দ্র কন্না নাদুনা মতম খর ফম শেন্নদুনা লৈ। মরক অসিদা চানিংঙাই লৈতবদগী ইবেমচাউবী মচা অনাবা যমুনা অমসুং লৈমদা শিন্নরম্নগা শাজৌবা অমসুং থাগোইগী মতুং ইন্দুনা পুন্সিগী তৌদ্রিবা লম্বী নুং থাবা য়াওদুনা নোংমগী খুৎশুমন তাল্লগা পুন্সি হিংনবা হোৎনরকই। অসুম্না পাখং লৈশাবী, পুন্সিগী অয়ুক্তা চিল্লোক্লনা লৈমিন্নবদগী থম্মোই অনীগী মিহুন পূন্না হুনমিন্নবা হৌরকই। মতম খরা লৈরগা শাজৌবনা মোইরাং লমগী মীকোক খরগা লোয়ননা মনা মনিন নাইদনা বর্মা লম্বীদা লৈরিবা পল্লেন্দা শেল খরা হেন্না ফংনবা থবক শুবা খোঙশানখি অমসুং খুনগী পাখং চাওঙৌবা হায়বা অমদা মাগী ইমুং মনুং য়েংশিন্নবা শিন্নরমই। তশেংবদি মানা চৎখ্রিবসি খুৎশুমন খরা হেন্না ফংনবগী ঙাক্তা নত্তে হায়বা অইবনা ইঙ্গিৎনা তাকপগুম তৌরি। মানা চৎখ্রবা তুংদা মাগী ইমুংগী ফিভম ফৎচিল্লক্তদুনা মচানুপী অহন যমুনা ফাওবা নোংমগী খুৎশুমন তান্নবা লম্বী শেম্বা য়াওবা হৌরকই। অসুম্না তৌবদা করাম চাউরবা ঠিকাদার অমগী খুবামদা মহাক তাগদবা খজিক্ত ঙাইরমই। মরক মরক্তা লোন্না অহিংগী মতমদা খুলগী পাখং চাওঙৌবা মখোয়দা মপাগী পাউ পুবা হেক হেক চঙলকই। মসিদা যমুনা অমসুং চাওঙৌবা অনীগী মরক্তা অরোনবা মরী লৈনবরা হায়দুনা সমরেন্দ্রনা য়াম্না চিংনজবা, নুংঙাইতবা ফাওখি। খঙহৌদনা জাপানগী লানমীশিং খোঙয়াং থুনা মণিপুর তম্না চঙশিল্লক্লে তাবদগী বৃটিশকী সিপাইশিং থোমজিল্লকপনা লৈবা য়াদ্রদুনা, মোইরাং খুনজাওগী মীপুম খুদিংমক থাঙ্গ ঈথৎপুংদা অমুক লান চেল্লে। মরক অসিদা শাজৌবনা থারকপা খোংচাই

নুপা অমনা পুরকপা চিঠিগী মতুংইন্না চাওঙৌবা অমসুং মরুপ অমনা মণিপুর অমসুং বর্মা লম অনীগী চিদাই চীংলক্তা, লানমরক্তা, লাকখি। মফম অদুদা চাওঙৌবগী মপা হকচিন্না নাদুনা শাজৌবনা শেন্নদুনা, উনাগী খাংপোক অমগী মনুংদা লৈরম্মা থেংনরুই। ইকান কান্নদনা চাওঙৌবগী মপা লৈখিদ্রে অমসুং তৌফম থোকপা সংস্কারনচিংবা তৌরে। চাওঙৌবনা শাজৌববু য়ূমদা হল্লসি হায়বা মানা য়াখিদ্রে, নেতাজি সুভাসনা লিংখৎপা আজাদ হিন্দ ফৌজ য়াওদুনা মমা লৈবাক্কী তৌফম থোকপা খর তৌরকখিগে হায়না লৈহৌরে। চাওঙৌবা থোরক্লে, মপাগী কর্মনচিংবা লোইরে। লানসু নেল্লক্লদুনা মখোয় পূন্নমক থাঙ্গ ঈথৎপুংদগী মোইরাং খুনজাওদা অমুক হোংথরক্লে। হৌজিক্তি লানগী ঈরাং অমতা লৈত্রে। নহানমখৈ সমরেন্দ্রনা যমুনাবু চিংনবনা মরম ওইদুনা লৈরকপনা খোঙয়াং থুনা মমা পুদুনা ইম্ফালদা হোংগৎখ্রে। শাজৌবগী পাউদি তাবা লৈখিদ্রে। অদুনা মপা লৈরবসু লৈতবগুম্লবা যমুনাগী ইমুং নোংমা নোংমগী নংবা হেনজিল্লকই, মমাসু মতম কুইনা নারকপগী লাইথৈ ওইনা মমিৎ উখিদ্রে। মরক অসিদা শক চুদা ৱাত্ত পাদবা ওইবা মরম্না যমুনা অমাদি মনাউ লৈমবু মচা মমৌ ওইজগে হায়দুনা হায়রবা কোঙ্গায় অমনি। যমুনাদি মমা শেন্নদুনা লৈগনি, য়ুম পাল্লরোই হায়না শিরগেনা খাঙদুনা লৈখ্রে। অদুনা মহাক য়াওনা লৈমগী দমক ৱা-লান তান্নদুনা হাওবম মরক্তা লৈবা হাইফেৎ লিংবা ইমুং অমগী মচাদা মনাওনুপীবু থাজে। অদুবু লুহোংগদবা নুমিৎ মঙানিদা ঙায়রবদা নুপী অমা পুদুনা চেনখ্রে হায়না নুপা মপানা য়াম্না ইকাইনা হায়দোক্লে। মসিদগী যমুনাগী অনাবা ওইখ্রে। তশেংবদি যমুনানা সমরেন্দ্রগী মফমদগী ৱাহৈ অমত্তবু ঙাইদুনা লৈরম্লনী। মদু মনাওগী

লুহোংবগী পোৎচৈলৈবা চৎপদা মাগা সমরেন্দ্রগা উনদুনা থুংনবগী মণ্ডাল অমা ফংবগুম তৌখ্রবনি। অদুবু তাইওন্নবা 'লাইবক্কী' খুৎথানা অমনি। ফমশেন্নদুনা লৈরবা যমুনানা ইম্ফালদগী সমরেন্দ্রবু কৌদুনা মনাউ লৈমবু মাগী মফমদা শিন্নে অমসুং মানা অরোইবা য়াহিপ তানখি। মসিনি মরুওইবা শক্তম ওইরিবী যমুনাগী 'অরোইবা পাউদম'। অদুনা অইবনা মোইরাংগী শাজৌবনা মরৈবাক্কী দমক পুক্সি কৎপা চৎখিবদগী মাগী ইমুংনা তাহৌবা অৱাবদু ময়েক শেংনা য়েক্লি।

লামায় ২২০ হেন্না পানবা উপন্যাস অসি লামায় ৬০ মুক্তা শমজিন্নবা হোৎনবদা ৱারী পরিংদি কায়দনা থল্লগা মপুং ওইবা থৌদোকশিং অদুখক্তা লৌখচৈ অমসুং ৱারীগী থুক লাউবা শরুক অমদি দ্রামাতিক ওইনা থোকপা মতাংগী নীংথীজবা উৎননবা অইবগী ৱাহৈ ৱাতাশিং য়ারিবমখৈ লৌথোক্লুনা শীজিন্নজৈ। অদুগা পীরিবা পন্দুপ মশীং উপন্যাসতা য়াওরিবদুগা মান্নদে, চুম্নগী শমজিনবা অদুদা খুদোংচানবা শীনজবনি।

ইম্ফাল

আগস্ত ১৫, ১৯৯৭ ছিঐচ, মণিহার সিংহ

# অরোইবা পাউদম

(অশম্বা মশক)

অনীশুবা লানজাও হায়না খঙনরিবা অসি, পৃথিবীগী মফম কয়াদা অৱাবা, অমাঙবা, কায়নৱা য়েনবতা নওনা পীক্লবা মণিপুরদসু পুম্নমকসিগী শরুক থুংলখি। ভারতকী নীংতম লানগী খোঙহৌদা **আজাদ হিন্দ ফৌজ** লিংখওুনা মণিপুরদা বৃটিশকী মথক্তা লান তাবা হৌরকখি। নোংমগী ফজরবা অয়ুক্তা জাপানগী এরোপ্লেনশিংনা ইম্ফালদা 'বোম' থাদদুনা, মফম অসিদা লৈরম্বা মীওইশিং খা ৱাং খঙদনা মশা মশাগী, ইমুং মনুংগী পুন্সি হিংননবা অরাপ অরাপ্পা খুঙ্গংগী লমদমশিংদা চেনখি অমসুং শাইদাংফম থিনখি। মখোয় অসিগী মরক্তা ইম্ফালগী নাগমপালগী লৈরক অমদা লৈবা লুখ্রাবী ইবেমচাউবী অমসুং মাগী ইনখৎ লক্লিবা মচানুপা সমরেন্দ্রসু য়াওরি।

কৈরোয় লৈকায়গী মীওই খুদিংমক কনা তাক্লরমদনা মশা হিংনবগী চেন্নখ্রবদা, ইবেমচাউবী মমা মচাসু কঙাউননা লঙ্লা তৎলবা তেলঙ্গাগুম লম্বী খঙদনা, খঙনা-চান্নবা কয়া লৈতনা চঙজফম অমত্তসু খঙদনা ইমুংদগী পুবা য়াবা ফিরোল খরা খোল্লগা পোৎয়োম মচা অনী পুদুনা সুম চথ্থরকপনা, য়াম্না ৱানা অরাপ্পা মোইরাংগী খুল য়ৌরকই। মফম অদুদসু কনাদগী চঙজফম থিগদগে চমল্লনা থোকখি। অদুবু মমা মচানা ঙাইহাক

উখোং অমদা মখোয়গী 'পোৎয়োম নম্মো থারগা' পোথ্থারিঙেদা অরাপ্পদা লৌরাং শুরম্মা মীওই খর উরকই। মখোয় তম্না মমা মচা চঙলকই। মফম অদুদা পুংকক চাউবা নুপামচা অমনা 'লাঙ্গোল য়োৎলম' ফাৎলগা, 'মাবু পোকপী মমা ... নহাদ নহাদি নত্রবী অমগা লৈরিবদু' থেংনরুই। লৈরম্লিবা নুপী অদুদা ইবেমচাউবী না হায়জরুই।

"... য়ুমেথোং খুদিং চঙদুনা চঙনফম নীরুবা করিসু চিংনদে। অদুবু লুখ্রা ওইরবী লাইরা চুদৎনরবী চঙহন্নীংলমলোইকো খল্লুবদা চঙঙুবা ঙমদ্রে। নহাক্তি ইসুং ইমান্নবীনি, নচাগা পাংখক ওইরবা অঙাং অসিগা ঐগবু য়েনখা মচি অমদা ওইরবসু হিপফম মচেৎ অমত্তং পীবীয়ুনে। অসিদগী হেনবা হায়জরোই।"

মোইরাং লমগী অসুম্না শক খঙনবদি লায়রদুনা পুক্সিগী উনখিদ্রিবা ইমুং অমনা মমা মচাগী চঙজফম পীরে। লাইবক থীবদি হৌনদুনা শঙ্গু ওইনা লাকই। অনৌবা ইমুং অসিদা চঙবগা ইবেমচাওবীগী মচা সমরেন্দ্র মশা শাগৎপনে, লাইহৌ হৌবনে, কন্না নারে। ইমুং অদুগী অহল ওইরিবা নুপা অদুগী মমিং শাজৌবা কৌই, নুপীগী মিংনা থাগোই। মচা নুপী অনী অমসুং মখোয়গী মখাদা অতোম্বা ওইনা মচা নুপা অমা লৈ। অহনগী মিংনা যমুনা, অতোম্বীগীনা লৈমা অমসুং নুপাগীনা শেঙ্গোয়।

অসুম্না শক খঙনদ্রিবা শাজৌবগী মমাঙ্ শঙ্গোয়দা খাজিন্দুনা মমা মচা অনী শাইদাংদুনা লৈরকপা থাশিংলোমদা হৌখ্রে। সমরেন্দ্রা য়ুম্বুদুনা লুনা তৌবীবনে অমসুং খুন অদুগী মাইবা অমগী মতেংদগী তপ্ন তপ্না ফরকলে। শাইদাংফম ফংলবসু হিংনবগী চাদবা য়াদে। মদুগীদি করম্না তানগনি? ময়ূমদা হান্ননা শেল য়াম্না পায়দুনা পুরকপসু নওে; মদুসু লোইশিল্লক্লে, মতম খরগীদি

*লৈরম্লিবা ইমুং অদুনা থাক্কুনা চারি।  অসুন্না মীগী মপান তাংদুনা* লৈবসি নুংঙইরক্ত্রদুনা ইমুং অদুগী মীওইশিং শাজৌবা অমসুং থাগোইনা নোংমগী খুৎশুমন ফংনবা চৎলিবা লম্বী শেম্বা ইবেমচাউবীসু য়াওরকই।  সোমদা মমানা খবক  শুবা চৎখ্রিবঙে, মপুংফানা হনগৎপা ঙমদ্রিবা সমরেন্দ্রবু লৈশাবী মচিন মনাউ যমুনা অমসুং লৈমানা শেন্নবী।  অসুন্না মথোৎ কারকপা পাখং লৈশাবী অনী নক্লনা লৈমিন্নরকপদগী সমরেন্দ্র অমসুং যমুনাগী থম্মোই মিৎকপ থোক্লকখি, ৱাদি ঙাঙথোক্লদনা অমনা অমগী খোয়রাঙবা ফাওরকখি।  মতাং চানা সমরেন্দ্রবু য়েংবা লাকপা মাইবনা হায় ঃ "য়েংউনসে ইবুংঙো নখোয়গী ইম্ফাল শহরনি হায়বা অদুদা ঐগী ইশু অনীসিদৌনা ফজবী লৈশাবী লৈজব্রা?  কুচু কুমেন্নে, ফিভম মুর্তিনে, মশম মনানে।  অপাম্বা অদুক খল্লু।"  অদুনা লাইরিক ইবনা মখা তারকই ঃ

"মহৌশানা উদ্রিববু য়েংনীংবা মীওইবগী পূক্লীংনি, অমুকসু থিন্দুনা তাক্লক্লবদা য়েংনীংলোইদৌবা কনানো?  অদুগী মথক্তা হৌজিক্তা থৌথোক অমসু থোকখিবদা মঙায়রি, করম্বা রস লৈরিগদগে হায়বদি খঙদ্রে সমরেন্দ্রসু যমুনাবু চিংনা চিংনা য়েংবগুম মীরক নারক্তা হুরান-লোনজানরকই।"

সমরেন্দ্রগী মমানা যমুনাহোয়গী মমা মপাগী মতুং ইন্না 'থবক শুবনি, লল্লোনবনি হায়না চৎলকপা' থা অনী অহুম লোম মফাজিল্লক্লে, 'কালেন থা হৌখ্রে নোংজু থাসু লোইশিল্লকক্‌দৌরে।' মমাগী মতৌ অদু য়েংবা ঙমদ্রদুনা, মাসু মশা খর ফরে, মমাগী মহুৎ শিল্লগা থবক শুবা চৎলগে, মমা পোৎথারো হায়রকই।  মমানা কন্না খাম্বা অদু য়াখিদ্রে।  অসুন্না লোন্না ময়ুমদগী চেম্থোরক্‌তুনা নূং খূনবা, থবক শুবা মী কাঙবু অমগী মরক্তা মহাকসু য়াওরক্কুনা

থবক শুরে। মাদি মফম খঙদনা লাকপনি অদুবু মফম অদুদা মাবু পোকপা মমা থেংনরবদা অনীমক য়াম্না ঙক্না থোক্লখি। নুমিত্তুগী মমা মচাগী খূৎশুমন 'লুপা নিপানথক' ফংদুনা য়াম্না ৱানা হল্লকখি।

অসুম্না মঙফাওবদা মঙলরোইদৌবা পুন্সি অমা সমরেন্দ্র মমা মচানা লেল্লকই অমসুং অমরোমদা মতম্না তপ্না তপ্না হৌখিবগা লোয়ননা ইম্খোল অমদা শুমাং তিম্নমা লৈমিন্নরিবা পাখঙ লৈশাবী—সমরেন্দ্র, যমুনা-অনীগী থম্মোই শৈশক অমত্তদা শুর অমত্তদা ময়েক শেংনা শকমিন্নরকই। নুপী ওইবীগী হৌনশা যমুনাগী মফমদনা হেল্লকই। মমানা শিন্নরম্বা য়ুমগী নিঙোল অনী তাক্লমদনা সমরেন্দ্রনা লোন্না থবক শুবা চৎলুবা তুংদা মাগা যমুনাগা নুমিদাংৱাইগী মতমদা পূখ্রী ময়াদা, চুখোংদা, উনবদুদগী নিংঙোলগী থম্মোই সমেরেন্দ্রগী মফমদা কৎথোকখিবা ওইনা উরি। অদুগা নুপা ওইরবসু মশানা খর শোনজবা, খুমাঙ চাওশিনবা ঙমজদবা, মেঙজবনা সমরেনদ্রগী হৌনশা ওইনা উরি।

"চৎখি খঙদনা হৌখিবা মতমগী ঈচেন্নি—ইম্ফালদা বোম তাখিবা চহী অনীরোম ফাজিল্লক্লে...শাজৌবগী মঙমদি মাগীদসু নত্রে-মাগী মশায়গোন্দা চঙজরক্লবা মমা মচা অনি অসিগীসু ফৌচেং পীদুনা থাকপমক নত্রবসু মখোয়গী থবক শুফম চৎফমদা ওইরবসু থিবা তাখি।" অসুম্না লৈরম্লিবা অমদি তাংলরিবা অনীগী নংবা ৱাবা অসুম হেনজিল্লকই। অদুনা নোংমগী নুমিদাংদা শাজৌবনা মাগী নুপীদা শেল খর হেন্না থোক্কদবা লম, পলেল মায়কৈদা চীং ককপগী থবক য়াউরুগে হায়না হৌদোকই। মাগী নুপীনদি মচাশিংনা চাউশিল্লকপা অমসুং লৈপাককী ইরাং য়েংদুনা চৎহলনীংদে। কাইনরমদাইগী মতাং অদু অইবনা শাংনা থারি

অমসুং য়াম্না পুক্নীং নুংশিনিঙাইগী মশক্নি। মসিদগী হৌনা অইবনা করিংগুম্বা অমা লোত্তুনা থম্বগুম উৎলি। শাজৌবনা হায়রকই ঃ "ঐনা অসুম খনবদা ঐখোয়না শুরি নোম্মিবা অসিনদি নোংমা নোংমাগী পুথ্থশিল্লকপনা হেনগদৌরি। ঐবু মঙানি তরানি চথেথাকলুসিরা খল্লি—করি হায়বগে?"

"করি লমদা? করি শুরুগদৌবা?"

"পলেল মায়কৈ অসোমদা চীং ককপগী থবককী দমক থবক শুনবা মী থিরি হায়না তাদা কানহাই হোয়না হায়রি। চৎলুসি হায়না ঐবুসু হৌরি।"

"তাদা হোয়দি মহৌশানা চাবা থকপা পংবাৎ বাৎপা মী নত্তে। য়াম্না নংথরব্রা?"

"শেন তানবদবু লাইরবা ইনাকখুনবা খায়নিঙাই করি লৈবগে? অরৈবগীনা হান্নগী কায়দননবা, হেঙ্গৎনবা, লাইরবগীনা হৌজিক হৌজিককী। ইচাশিং অসি চাউশিল্লক্লে—কনাগুম্বা নুংশিবীবনসু হংলকপা য়াওরে। ঐখোয়না লৈরিবা মওং অসিদদি মখোয়বু শেম্বদি লায়রদুনা থাজ-য়োনজবমকপু, ঙমগনি থাজদ্রে।"

"ঐদি নুপীনি কনানা খঙগনি। ঐগী হায়ববু অঙাংশিং অসিনা নোংমা নোংমগী মপূং মরৈ ফাজিল্লকপা অসিদা মপা মমা ওইবনা পংথা থাদোকপদি উহন্নীংদে।"

"ঐসু খল্লিবনি অদুনা নহাকনা তান্নরিবসিনি। পংকুই কুইনা চৎকদৌবা নত্তে। চাওঙৌদসু ঐনা শিন্নরিবসীনি—অঙাং অসি মপাগী মচানি, নোংমতংবু ঐখোয়দা হঙ্গৎনা য়েংদে। ঐদি অঙাংশিং অসিগীদুম খল্লিবনি—মপানসু অদুগুম্বা আশা লৈ। খোঙবু মতা চারবদি চৎলুগে হায়ববু করি হায়বগে?"

"কৈদৌঙে চৎকদৌরিবনো?"

"কেদৌঙৈ হায়ববু ঐগী ব্বাদা ঙায়নদুনা লৈরবনি। ঐনা য়াবা নুমিত্তা হেক্তা হৌথিবা য়ারবনি।"

"খোঙবুদি কনা কনানো?"

"অহানবদা ঐখোয় অহুমতনি—তাদা কানহাইনে, মাইরেনবম য়াইমানে, ঐহাক্কে।"

"হোয় অদুমঙায়রে। অদুগা লৈপাককী ইরাং অসি মীনা পংঙাং ঙাংনৈ।"

"লৈপাককীনি ঐখোয়তগী নত্তে। লৈপাক্লা শিরগা ঐখোয়না হিংহৌবা য়াবা নত্তে। অদুগা অঙাংশিংদদি লল্লোন ইতিক চৎখিবনি হায়য়ু। মপুক্লিংদা নত্ত নওবা খনখিনি। চৎনবগী নুমিত্তু ঐহাক তাদা কানহাইগসু লেপ্পরগে।"

নুমিদাং অসিগী মতুং মরিনিকোনবা নুমিদাং অমদা শাজৌবনা মথংগী নুমিৎ নোংঙাল্লিরৈঙৈ মমাংদা চৎলগনি হায়না মাগী নুপীদা খঙহল্লদুনা মখোয় অনীমক চঙদুনা মচাশিংদা তাকপীরে। ব্বাফম অসি হেক তাবদা যমুনানা মপাদা—

"করি লম তান্না চৎকদৌবনো পাবা?"

"থাপ্না চৎকদৌবা নত্তে।"

"নুমিৎ কয়ানি চত্তৌবা?"

"থা অমা অনিগী লম্বী, অদুগা থাপতবা?"

"চত্তুনা ঙাক লৈদৌবা নত্তে অঙাওবী। লল্লোনবা হায়বসিদি পোৎচৈ ওইজ-ওইথক য়েংগনি। কুইরকওইদা—

"পাবা চৎখিনুবা—ঐখোয় ময়াম চঙদুনা শুরগা অসুমক হোৎনসিবা। লৈমাগা ঐগা কন্না শু-নোমগে, পাবহোয়না শুরি চৎলিবদু ঐখোয়সু য়াওগে।"

"শ্রীগোবিন্দ গী চরন্না কৃপা তৌবীসনু থাংজিং কৌবা লাইনা

লেপ্নমক কুবিস্নু। লম চৎপদা ঙসি হয়েং লাককনি নুমিৎ তম্ফদে। ঐনা হায়রিবা অসিনি য়াবমখৈ খুৎলৈ য়াংলক্কে। ইবেম্মা যমুনা নহাক্না ইপাগীদি কোকহন লাইহন্নি, নুপী লৈতে, নুপা লৈতে ইপাগীদি নহাক্না মরুনি, নমানা হায়বা ইল্লম্মু-ননাওগা নপ্পাগা শিন্নরিবসিনি। ঐনা হল্লক্লিবমখৈ কোম্থোং বাংমা লাম্থোককনু। নুপীমচালৈমা, ইপাগী শেঙ্গোয়, তাউ নখোয়সু নমাগা নচেমগা অনিনা হায়বা ইপানা হায়বনি নীঙঙু মখোয়না য়াদ্রবা ইপানা য়াদ্রবনি।...ইপা নোংমা নিনিদংগী অদুক লাইবক য়েঙঙুগে করিমত্তা চিংনগনু।"

অসুম্না নোংমগী নোংঙাল্লমদাইদা তাংদাংবা লমথুংফম তাক্লমদনা ইমুং মনুং থাদোক্লমদুনা খোঙ শানখি। অদুনা মাগী ইমুং মনুংনসু মহাককী কয়া মকা ফোংনীংদবা মতৌ অসিদা করিগুম্না খরদি চিংনদবা, ইমুংগী লাইর অনংদগী, নুংশিবদগী হেনবা লিচিং অমা লৈব্রা হায়না ফাওদবা ঙমখিদে। মরমদিঃ

"...ইকুই কুইদনা পাউ অমা শন্দোরকই—খা নোংপোক অসোমদা চঙশিল্লকপা জাপানগী লান্মীনা মণিপুরগী সিমানা লানশিল্লক্লে, খা-নোংচুপ অসোমদসু টিডিম ফলামলোমদা অকনবা লানফম ওইরে, অসুম্না।" পাউ অসি মোইরাং খুনজাও অসোমদা লৈরক খুল্লক কাচিন কোইয়া শিনথুংনা লোন্না লোন্না য়েল্লকই। অদুবু অইবনা হায়রি, "লানগী অকিবসু শিগনি হায়বগীনি—চরা হেনববুসু শিগনি হায়বগীনি অদুম ওইনমক অরাপ্পদা উদনা লৈথ্রিবা অকিববুদি হেন্না নক্লবদা, ইশাগা হেক তায়নবদা উরিবা, অকিবা অসিবুনা হেন্না কিবা হায়বসি হৌনশানি, হেন্না নক্লবা অকিবা—হৌজিক হৌজিক্কী অয়ুক নুমিদাংগী অবাবা অসিনি।"

(২)

শাজৌবা, তরানি-থাফাদনা তন্না হেক্তা হল্লকে হায়রম্বনি, থা অমদি নহান্না হেনখ্রে। মাগী নুপীনা নোংম নোংমগী খৌরাংনা ঙাইজে, অদুবু হল্লকপা লৈখিদ্রে। শাজৌবা মথনতা নত্তনা মাগা খোঙবু ওইনা চৎখ্রিবা মখোয় পুম্নমককী ৱা অমত্তা তাখিদ্রে। যমুনা চহী ১৫ মপুং ফাদ্রিবীনি, তনৌ তনৌরিবীনি, অদুবু ইমুং অসিগী অৱাবা মমা ওইবী মহাককা মবানিতনা মনুং হনজিন্না খঙই। মাগী ইমুং মনুংনা অসিগুম্বা অৱাবগী মৈরী লক্তা তাগনি হায়বা শাজৌবা খঙলল্লোইদ্রা, মখোয়গী অৱাবা ফাওরল্লোইদরা? শোয়দনা খঙলমগনি, ফাওরমগনি। অদুদি মখোয় পুম্নমকপু থাদোক্লগা করিগী চৎলি?

হীরম খুদিংমককী পনখৈ লৈ, যমুনাগী ইমুংগী অৱাবসু পনখৈ অমা য়ৌশিল্লক্লে। অদুনা নোংমা নুমিদাং মনাওগা মৌপ্নাগা অনীমক তুমখ্রবা মতুং মমামচা অনীতা ঙায়হৌরবদা যমুনানা মমাদা হৌদোক্লককই : "ঐহাকসু ইমানা শুরিবা থবক্তু য়াওগেনে।" মমানা য়াওবা ঙল্লোই হায়না খামজে, অদুবু মানা মখা তারকই : "নহাক নতোমতনা শুরগা মী মরিবু করম্না থাক্কনি? পাবনা অঙাং অনী অসিবু ঐঙোন্দসু শিন্নরমই। লৈকাই কোয়না চত্তুনা চাক্লি ফিনিরুগদবগী শরুক ঐসু অঙম্বা শুগে, ইমাগী খজিক্তুংদং ওইরবসু পাঙ্গে ঐবু পুবিয়ু।" নোংমা যমুনাগী ইমুংদা মৌপ্না শেঙ্গোয়না পুক থন্না চাবা ফংদবদগী নুঙাইত্রবা খৌদোক অমা থোকখি, মদুনা যমুনাবু অহোয়ননা মমাগী মতুং ইন্দুনা থবক শুনবা ইনশিনখ্রে। মানা থবক শুবা চৎনবগী শেম শাবদু অইবনা থারি ঃ

"...তনৌ তনৌরিবী মথোন কারকপদা মঙায়রিবী, শীঙেল লৈগী লৈয়োনথংবা লৈরীক্লদৌগুম কোরৌ মৈশা লাংজদ্রবী চনু

নিঙোন্নি।...নাপ্প অনিগী শাইনোন্না শন্নাং শমজাই-লক্তা তিনথ্রবদা নহানমখৈ কোরৌ মঙাল চঙঙমদা, মালং শাউম লাংগে লাংঙমদা নিঙোল মায়থোং অপানবী, শীঙেল লৈনা খিকঙৈদা অনৌবা লৈয়োনখোক ওইরক্লে।...মনজুনরবা ফনেক্পা ফিজোন্নে—ফজবগী মফমদা পোৎকী মগুন লৈতে, তাংজবগী ৱানি।"

(৩)

অসুম্না শাজৌবনা ময়ূম থাদোক্তুনা পম্থুংফম খঙদবা অমদা থবক শুবনি হায়না চৎথ্রবদা মাগী ইমুংনা হায়নিংঙাই লৈতনা অৱাবা নংলবদা মপোকঙৈগী লৈকায় লান্না চৎচদ্রিবী যমুনানা শোরোক শেম্নগী নুং থাফমদা থবক নোম্বা য়াওবা থোরকই। মশানা ফজবনা মরম ওইদুনা থবক শুফমদা যমুনাগী অৱাবা মায়োক্নবা ওইগদৌরি। থবক শুবা ময়ামদুবু নেক্লিবা ঠিকাদার অদুনা যমুনাদা খোয়দাবা হৌরকই অমসুং মদুদা থবক শুবা য়াওরিবী, মাগী লৈকায়গী মৌনহা চন্দ্রসখীনা ঠিকাদারগী অরানবা মিৎয়েংগী খূৎলোয়রবা মতেং ওইরকই। মানা থেমদুনা যমুনাবু করাম চাউরবা নুপাদুগী মনাক্তা পুশিন্নবা লাক্লখি অদুবু নোংমদি চন্দ্রসখিগী য়ূমমক্তদা মানা শীন্দুনা যমুনাবু ঠিকাদারগা উন্নহনখিবা অমসুং নুপাদুনা মশাম্নক ঈহং নাইহং শানা শোকপা য়াওখিবা অদুনা যমুনাগী পুকচেল শেংজবা, ওইজ ওইথককী মিহৌজদবা অদু উৎলি। অশেংবমক্তি যমুনাগী থম্মোই, সমরেন্দ্রনা মখোয়গী ইমুংদা চঙলকপা নুমিত্তগী মাগী মফমদা কথেথাকখ্রবনি। মরক অসিদা ঠিকাদার নবকুমারনা কল্লক খম্নবদগী সমরেন্দ্রবু থবক শুবা য়াওবা য়ারোই তাম্থোরকই, অদুবু চন্দ্রসখিনা শীন্দুনা, যমুনা য়াওনা চৎমিন্নদুনা ঠিকাদার অদুদা হায়জবদগী অমুক হন্না পুন্সি হিংনবগী থবক অদু থদৎপীখিদে।

যমুনা মমা মচানা পাবোৎ লাকপা শনগুন্না ৱারে কৌবা হায়দবমখৈ চাকথুং শেৎথুংননবা হোৎনবা নোংমা কাংদে। নোংমা নোংমাগী ফংলকপ্না নোংমা নোংমাগী শীন-লাঙজৈ। ঙমদে তোকখিদরে। ঙসি, হয়েং অসুন্না লেপ্লিঙৈদা নোংমাদি সনধ্যা আর্তি কৎনখ্রবা মতুংদা মমা মচা অনীনা থবক শুরুবগী হল্লক্তুনা পোথথারিঙৈ তানজাদা মখোয়না খৌরাংনা ঙাইরিবা চাউঙৌবা চঙলকই অমসুং শাজৌবগী পাউ তপ্লে। মানা হায়, "খরা লাপ্না চৎশিনখ্রমাল্লে। তরানি থা চোম্থরককদ্রা নীংই থোইদোকপা অনা অয়েককী পাউদি তাদে।"

(৪)

চাউঙৌবতনা শাজৌবগী মরম খঙবা অমসুং মাসু শাজৌবগী পাউ অসি নুমিদাং অমম্বা নওনা পুরক্তবসিনা অপাবদা য়াম্না খঙনীংবদা খোয়রাঙবা অমা পোকহল্লি। অমরোমদনা সমরেন্দ্রনা, চাউঙৌববু যমুনানা হেক হেক থিন্দোরকপসিদা মবানিগী মরক্তা করি লৈরবগে হায়না চিংনদবা ঙমদে।

"শাজৌবনা লংফৈ চৎত্রিঙৈদা পানজরম্বা লৌ শঙম অনি অদুগী মহৈমরোং লোকপা য়ারক্লে। মহৌশাদি লৌরাং শুবা মশেন ঙসিনা নংগী হয়েংনা মাগী অসুম্না হেক হেক পাঙনদুনা পরী থিদা লৌখায় থিদা খুল্লং চৎনদুনা লোইশিন্নে। কুমশিদি অদুসু ফংগনি থাজদ্রে—ইচৎমক চৎনদবদি নত্তে হায়ববু থবক অশোমদা মায় ওনশিনবা ঙমগদ্রা চিংননিঙাইনি। নোংমা খুল্লং চৎলিঙৈ করম্না চরা নোং-খন্নগদগে হায়বসি অরুবা অমনি। করিনা ফৌ-চেংগী, মনা মশিংগী, হৱাই চেংৱাইগী মমল ঈশিং ঈচাউগুম্না জৃ জৃ হেঙ্গৎখ্রে, খুল্লং চৎনবা হায়বসিন্নদি মপু অদুনা ঙমজবা

কবোক হৈবোক পানা-হৈনা খর পুথোকচরকপা অদুনা চিন্নম ওইরগা পাঙ্গলগা পাঙ্গলগা শিন্নবা ৱায়নবগী শাজৎনি, পুকথন-ৱাইওং খঙবা চাকচা নত্তে, পুকথন্দনদি পাঙ্গল থোকপা য়াদে।" অদুনা যমুনানা "খুল্লোন লৈরোন্নবা মশুং মমান্নবী কনামতবু য়াওবীয়ু নেকচবা ঙমখিদরে। অদুপ তাকউরিবা হায়ববু চারে চামিন্নসি হেল্লে হেনমিন্নসি লৈমিন্নরিবা ইবেমচাউবী মঙায়রে।"

মমানা ফন খাল্লবসু য়াদ্রদুনা সমরেন্দ্রসু লৌ খাওবা য়াওগে হায়না থোরক্লে, মমা ইবেমচাউবীনা য়ুম শঙহৌরে। অদুন্না মপুন্সিগী লৌবুক কুমদ্রিবা লৈমা, যমুনা, অঙাং ওইরিবা শেঙ্গোয় অমদি সমরেন্দ্র লৌবুক্তা নুমিৎ চুপ্পা নুংশা মরক্তা কুমদুনা লৌ খাওরুরে। মখোয়গী মতেং খর ওইররিবা হায়ববু চাউঙৌবা মঙায়রে। যমুনাখোয়না লৌ খাওরুবা নোংঙাল্লগা, মহাক অমসুং মাগী মরুপ অমা অনীগা যমুনা অমসুং মমা তাক্লমদনা হান্না লৌবুক কুম্লল্লগা ঙরাং খাউরম্বা ফৌবৈশিং লোইনমক য়েথোকপীরম্নে।

মীয়ায় চল্লবী থাগোই, মচা অহুম—যমুনা, লৈমা, পীক্লিবা শেঙ্গোয় অদুক ৱানা নোংমগী চরা তান্দুনা হিংলবা, কনাগী মতেং ফংদ্রবা ফাওবদা, থা কয়াগী মমাঙদা মতম খরগীদনি হায়না চৎখিবা শাজৌবা, ইমুংগী মতেং খরদসু ওইনবা চান শেৎনবগী পোৎ অমদি শেলনচিংবসু করিগুম্বা অমত্তা থারকপদি লায়রদুনা মাগী পাউনি হায়বা অমত্তা তাবা লৈখিদ্রে। অদুবু নোংমগী নুমিদাংৱাই মল্লি মল্লি তৌরবা মতমদা মণিপুরীলোন শেংফাত্তনা ঙাঙবা চীংমী অমা যমুনাগী মমা থিরকই অমসুং হংলকই, 'শাজৌবগী ইচনুপী?" মহাক্না অঙাংশিং কনামত্তা তাহন্দনা থাগোইদা অরোনবা পাউ খর তমই অমসুং চিঠি পীরমই। মহাকপু হরাউ হরাউনা থাগোইগী ইমুংনা পীজ-পীথক তৌরে। লোইরবদা মানা হায়রকই : 'ইচল

য়ান্না হাওরে, ইচানুপীগী মখূৎ থুম্মে, ঐ চৎপীকে।" যমুনা : "ইপাদি অসুম হেক্তা য়ৌনবা চৎখ্রদ্রা?' চীংমী "চৎকনি চীং য়ৌকনি। ঐনা হায়বা কাওপীকনু ইপা চৎপীকে।"

অমুকসু মানা মখা তারমই ঃ '...কি-কনু। ঐনা হায়পীপা তৌপী ও।" মানা হনখ্রবা তুংদা নুমিদাং অদুমক্তদা যমুনা মমা মচানা মোইরাং খুলগী অৱাং পাংনা লৈরিবা লৈকায় অমদা চাউঙৌববু থিরকই, লৈরমদে অমসুং মাগী মমানা খুন্নকই :"মফম অসিদনি হায়বা-কা তাকপীরম্মা নত্তে। ঙরাংদগী চৎখিবনি, অসিৱাই অনকপদা নত্তমাপ্লে। ঙায়খো মী অমা লাক্লম্ব্রা?"

থাগোই : "অহল অদুরা-খোংজাই?"

নুপী : "মানি অসিদসু লাক্লম্মী নচাবু থিরম্মী, পোৎ অমসু, পীরম্মী।"

থাগোই : "ঐখোয়দসু পীরম্মী অদুগী ইবুংঙোবু থিরকপনি।"

অসুম্না লাইরিক ইবনা য়ান্না চেকশিন্না উপন্যাস অসিগী প্লোৎ শাগৎলি। ইঙ্গিৎনা খর উৎপা নত্তনা শাজৌবনা চৎখ্রিবা অসি করিগুম্বা লৈবাক্কী, নীংতম্বগী অচৌবা থৌদাং অমগীনি হায়বা করিগুম্বা অমতা ঐখোয়বু খঙহনবা লৈতে। অদুনা চাউঙৌবগী মমানা হায়রকপা ৱাফম অদু অচুম্বনি : "খঙদে মখোয়গী মপা মচা, মচিন মনাওশিং অসিনা তৌরিবসিবু, করিনো? ৱা-রান অমতা ঐখোয়বুসু তাহন খঙহন্দে, হংদা হংজিল্লুরে, অরুবা ৱানি হেকমক কপ্পোকই।"

অহিংগী মতম্না ফনা থেঙখ্রবসু চাউঙৌবনা যমুনা খোয়দা লাক্তুনা কৌররে অমসুং মাবু উবদা যমুনানা হারাউরদুনা মপানা পীরকপা চিঠি অদু মঙোন্দা পী। পোদোল মনাক্তা চঙশিন্নক্তু না মানা পাবা হৌরক্লে :

"ইপাগী যমুনা—ঙসিমখৈ ইপা খোঙ শান্নে। নহানমখৈ তেংনৌপলদগী মোরে তাবা লম্বী অসিদা থবক ইনথাং শু-চত্তুনা লৈরম্মী। ঐনা ফংবা শেনফমদগী লূপা চনিখক থাখিবনি—খরানা ইপানা শিজিন্নগে খাকহৌরে। নংগী নপল্ ইপাসু নোংপোক পাংনা চৎলে ওস্থোক্না লুরবা, তঙায়ফদ্রবা থবক অমগীনি। মীনা তাক্তুনা ইনশিল্লক্তুনা চৎপা নত্তে। ইপাগী থম্মোয়নুংদা নুতি নুমিৎ খুদিংদা শৈশক অমা তারকই, ইচিন থোকনা শৈদমমুবদি ঙম্লক্তে-

কোরৌ নোংনবু ৱাংবরা-
পন্থৌ ইপানা মৱাংই।
মালেম লৈনবু লূম্বরা-
পলেম ইমানা মরুমই।
পলেম পন্থৌনা ঙনবরা-
পোক্ল লমদম্না মহেল্লি।

লাইর-অনংগী কোমফৈনুংদা খোঙদা য়োৎহলীং থাং কিশি পরৈ হুক্না লৈরুরে। কিশি অসি হনগে নীংলকপা চহী কুমজা য়াম্লক্লবনি অসুপ কুইবা ঙম্লক্তে। অদুবু পোক্ল-লমদম ইমানা হন্দক্তি তানজা অদো পীনবীরে। ইপাগী থম্মোয়দা শীঙঙমদবা অমত্তং হায়ববু মাংজৌননা নমা নচা নখোয়গী নফমদা অসিগুম্বা ইপাগী ৱাখল অসি ফোংদোকহৌদে, করিগুম্বা খুদোংচাবা অসে ফংলবদি লায়বক য়েঙঙুগে হায়বসে তাক্লমদে। অওইবমকসু মমল নায়দ্রবা তানজা অসি অসুম্না হেক্তা মফংলুরবনি হায়বা অসিমকপু ইপানা থাজরুদে। হৌজিক্তি খুদোংচাবগী মতম অদু খূৎনা হেক্তা লাম্বা ফংলে। তেল্লবা পুন্সিগী খোঙচত্তা অসিগুম্বা খুদোংচাবা তাংফম অসি হন্না হন্না খক লাকপা হৌনদে। ইথনতসু

নত্তে, চৎথিন্নরিবা ঐখোয়খিবিক পূন্না খুদোংচাবা তাংফম অসিদা চোংশিল্লসি বারেপ্নরবনি। ঐখোয়না চৎকদৌরিবা ঐখোয়তগী নত্তে, নমা, নচা, নচিন নৌপ্মা, নখোয়গীসু ঐখোয়গুম্না নখোয়গুম্না মীওই লিশিং লক্ষা কয়াগী শরুকসু য়াওরিবনি।

থৌজাল কুবীহৈবা ঈশ্বরগী মফমদা মঙ্গল ওইবা নীরম্মু— ঐখোয়না নীংলিবা থবক অসি লেপ্নমক পাংথোক্লক্কে। চিঙৈনা হল্লক্তুনা নখোয় খ্বায় পূন্নমকনা উন্নরবদি ঙমগনি থাজদ্রে, খরা খিত্তং তপ্পা তায়, শোয়দনদি লাক্কনি। ইপা লৈতে হায়দুনা নমাগী মপুক নৌহনগনু; ননাওগা নৌপ্মাগা অনিবু নংগী খুত্তা শিন্নরবনি। অঙাং ওইরবসু নহাক্তি ইপাগী কোকহনলাইহন্নি। নমানা হায়বা পূন্নমক ইল্লম্মু, অঙাংশিংবু বারক বাতেল্লম্মু। ঙসিমক ঐখোয় পূন্নমক পোক্লমদম থাদুনা চৎলগনি।

ইতি—

নখোয় খ্বায়গী

শাজৌবা সিংহ।"

হৌজিক্তি ময়েক শেংলে। শাজৌবনা য়াম্না চেকশিন্না লৈকায় ফাওবা খঙহন্দনা ময়ুম থাদোক্তুনা খৃৎশুমন তান্নবনি হায়দুনা অরাপ্পা চীং-লৈবাক্তা চৎখিবসিদি অসিগুম্না মাগী থম্মোইদা লোক্তুনা থম্লম্না অপাম্না অমগী ওইরম্লে। মতম অদু অনীশুবা লানজাওগী অরুবা মতাং অমা য়ৌরক্লে। খা-নোংপোক-এশিয়াগী লৈবাক অয়াম্না হৈশিংলবা জাপানগী লানমীশিংগী মখূত্তা মথং মথং তারকপগা লোয়ননা ১৯৪২ দা নেতাজি সুভাসচন্দ্র বসুনা আজাদ হিন্দ ফৌজ শেমদুনা জাপান সরকারগী মতেং লৌরগা ভারত নীংতম্নবগী হোৎনবা লালহৌদা মণিপুর তম্না চঙশিল্লকপগী কন্না ঙাঙনরকপা,

তানরকপা মতম্নি। মণিপুরগী মচি মচি কয়াদা নীংতম্বগী লান য়াওননবা মখোঙ থোংনা চত্তুনা, আজাদ হিন্দ ফৌজ য়াওখিবা কয়া অমা লৈরবনি। অদুগী মথক্তা মোইরাংগী লম অসিনা খর খোংঙাই ফবগা, মরৈবাক নীংবা মীওই কয়া লৈবগা নীংতম্বগী লালহৌগী ঈরাং লমদম অসিদনা খর হেন্না কনখি। মরম অদুনা শাজৌবতা নত্তে, চাউঙৌবগী মপা অমসুং মোইরাংগী মীওই কয়ামরুম পুন্না চৎমিন্নখ্রবদুনি।

পেন্দ্রদুনা মপানা থারকপা চিঠি অদু অমুক্কা পারে। পাবা লোইবগা যমুনানা মমাবু য়েংলগা অসুম্না থেমজিল্লকই :

"ইমা কপ্লগনু, কপ্লগা করি কান্নগনি? পাবনা ঐখোয়বু নুংশিদদুনা চৎখিবা নত্তে তৌদ য়াদবা মথৌ অমগী চৎখিবনি।"

থাগোইনা হংলকই : "মখোয়না করি পংথোক্কদৌরিবা?"

চাওঙৌবা ঃ "—অদুনি ঐনা খঙদ্রিবসু...হোয় খঙলক্কনিদা। পাব মথন্‌তা চৎখিবা নত্তে, খুরাসু মথন্তা চৎখিবা নত্তে। ঐখোয়— ঐখোয়বু পোকপীরিবা, ঐখোয়বুতা ফননবা মতম চুপ্পদা হোৎনবীরিবা মখোয়নি। ঐখোয়দগী মখোয়না হেন্না খঙইবনি... অদুগা ব্রাফম অসে ইন্দোনগা নহাক্কনা ঐবু থিরকপা ওহ্লোক্ল ফখ্রে— অহল অদুনসু হায়রম্মী হায়বদুনি মীতোপ অমদদি হায়দোকলুগনু...।"

(৫)

পোইনু লোইখিদুনা ব্রাকচিং চঙলক্রে। মৈত্রবাক অপুম্বা অসুম্না খুনজায়-লৈচায়রকপা হন্দক্কী ব্রাকচীং অসিদা চহী অনীদগী হেনজিল্লক্রে। লানগী লানওংসু অফবগীনি খঙদে ফত্তবগীনি খঙদে মওং অমা ওনখিবগুম তৌই। থিন্দনা পাউ অমসু শন্দোক্লমই,

জাপানগী লানমীশিংনা মণিপুর অপূম্বা পূমকোয় কোয়শিনখ্রে, ইংরেজ সিফাহীশিং অসিবু ঙায়োক চফুদগী ঙা ফাবগুম ফাননবগী শেম শাখ্রে। অদুবু ৱাফম অসি লাম্ছোং শীনবশিংগীনি, খুল্লক ইরক্তা লৈরিবা মীচমশিংগীনা হৌজিক হৌজিক্কী মিকুপ খুদিংগী, পূংজা খুদিংগী থেংনরিবা অৱাৎ অপাগী লাম্ছোং অসিনি। য়ুম পুবীনবা য়াওদ্রবা মাগী ইমুং মনুংনা অসি য়ৌনা ৱাগনি খঙলবসু শাজৌবনা অমুক হল্লকপা তৌদনা মরৈবাক্কী নীংতম্বগী লান্দা নীংহন্নবা তৌদনা চঙশিনখি। মোইরাংগী খুনজাওদা লৈবা য়ারক্ত্রদুনা, যমুনাগী ইমুং অমসুং সমরেন্দ্রগী মমা মচা পূন্না থাঙ্গ খুনজাওদা শাইদাংবা চৎপা তারমই। "চাওঙৌনা নেকলন্ব্যা হি অমা অনিসু লোক্তাক ঈশা অসোমদগী য়াঙ্গংলবী মোইরাং তুরেল মরিন তন্না কাখৎলক্কুনা যমুনাহোয়গী থোঙ্গাল মনাক্তা থাংলরে। অহলদগী নহা ফাওবা মখোয় পুন্নমক নোমজেন চেন্দুনা পোৎচৈ পুন্নমক হি অনি অসিদা অচনবা মখৈ হিবোৎ থন্না হাপ্লে। চাওঙৌনা চিংদুনা মমা মচাগা লোয়নদুনা অহানবা খোঙচৎ অমা থাংলুখিসি হোনখ্রে।...মতম কুইনা মাগী মশায়গোন্দা চারে চানা হেল্লে হেন্না অৱা কোঙ্গায় অমা খাঙদুনা পুন্সিগী লেপফদ্রবা ঈচেলদা হিথাংফং কয়া লান্না লেনজরকপা অদুগুম্বা য়ুম অদু থাদোক্লমদুনা মচাশিং পুল্লমক পুদুনা থোকলক্লে। ঙসি মখৈ অহাংবা য়ুম তরক তরক লৈহৌরগনি।"

যমুনাগী ইমুং অমসুং সমরেন্দ্র মমা মচা, থাঙ্গ ঈথৎপূংগী থাঙ্গসলাম হায়না খঙনবা লৈকাই অসিদা চাওঙৌবনা শিনবী লাংবী-দুনা ইমুং অমদা মখোয় পুল্লপ্পা শঙ্গোই অমদা লীফক অমত্তনা কা অনী থোক্লা খায়রগা য়ুমথুং ওইনা লৈরি। চাওঙৌবনা লৈরিবা য়ুম অদুগা য়ুমলোন মঙাতরুক্তনা মথক্লি। নোংমা কাংদে চাওঙৌনা

অয়ুক্কী নুমিদাংগী হেক হেক লাক্কুনা য়েংবীরে, অৱাৎ অপা হংবীরে। যমুনানা অরাক খুদিংমককী করিগুম্বা ৱাফম অমা লোন্না লোন্না হেক হেক হংজৈ-ৱাফম অদু করিনো কনা অমত্তসু খঙনদে। অরোনবা খবক হায়বসিমক্তবু করিসু নত্তবা ৱাফম ওইরবসু অনকপা অকোয়বদা লৈরিবশিং অদুনা চুন্না খঙনীংবা অদুদগী শরুক চাম্ম হেন্না খঙনীংই।

অসুম্না যমুনানা লোন্না লোন্না চাওঙৌবগী মফমদগী মপাগী পাউ তাজে অমসুং মঙোন্দা মপা য়ৌহন্নীংবা পোৎ শিন্নজে। তাংফম অমদা যমুনানা চাওঙৌবদা হায়জে ঃ "ঐদি ওম্থোক্না নুংশা থীখ্রে ঐনা হায়জবশিং অদু কাওবীনুকো তাদা।"

চাওঙৌবা ঃ "ৱা মখা অমুক তারগনু নহাক্না হায়বা পুন্নমক ঐহাক য়াবা নত্তে। নহাক্কী নতৌ অদুদা য়েংবা ঙমদ্রদুনা তাক্লবনি। জীব অমা তাহনবা য়াবা নত্তে। ইমাফাওবা তাহল্লোইদবনি।"

মরমদি বৃটিশ সরকারগী অরোনবা পাউ লৌবশিংনা মিহুৎ নাহুমশিংনা খুল্লক ঈরক্তগী পাউ লৌনবা চাইথোক্কুনা লৈরি। অসিগুম্বা খুন্দগী মপান্দা চৎখিবা য়াওবা মীওইশিংগী ইমুংশিংবুনা অমুক্কা হেন্না কুপ্না য়েংশিল্লি। মরম অদুনা মণিপুরদগী পাউ থারিবা অমদি মপান্দগী পুরক্লিবা অনীমক চেকশিন্দবা য়াদবনি।

চাওঙৌবনা যমুনাগী ময়ুমদগী থোরক্লবা তুংদা মখা পাংবরোমদা পরপ পরপ চেন্না লাকপনা ইকুই কুইদনা খোর্দাক খোঙবান তারক্লে। মনীং পাংবরোমদা অমুক চৎথরকই। শিংনাং লাংনা কুঙনা হৌরবা লাংলক অমা ফাওজিনখ্রি। অকোকপা হিথাংফম অমা ফংলে। মফম অসি হেক য়ৌরকপদা মখুৎ অনীনা লাইখন তানা মচিনবান্দা খল্লদুনা মায়কৈ মরিদা লৈ-না লৈ-না "ইনাও! ইনাও!" হায়না কৌরুরি। ইনক মকপা খোঙনুং অসিদগী খুল্লকই, "ঐহাক অসিদা

লৈরে।" মবানি থেংনরবদা চিবোন চিবোন ৱারী শানৈ, অমুক খোঙনুং তম্না কুমথমিন্নখ্রে। মখোয় অনী চঙদুনা ঈশিং মনুংদগী হি অমা চিংখৎমিন্নে; অমনা হিনাওদা অমনা হিরুবাক্তা কাখৎনখ্রে, শুক শুনা মন্নবা, অমমবনা কুপখ্রবা ঈপাক্তা মবানি হোন্দোকমিন্নখ্রে। হিনাউরোমদা ফন্নিবা অসিনা সুপ্নগী অহাঙবা অতিয়াদতা য়েংখৎলি, মরমদি মায়কৈ থিফম খঙদবনসু ওইরম্বা য়াই। তোর্ববান্দগী অসুম অসুম লাপথোক্লক্লগা হিনা খোঙচৎ অসুম অসুম তপথরকপগুম তৌরি, অমুক্লা ফুম অমদা অমুক্লা কুংনা হৌরিবা ৱাইনু চরা, কবোকংনচিংবগী মপৈ মপৈদা হেক হেক থেঙঙুবগুম অমুক অমুক থক্তোকই। হিনাও শারিবা নুপাঅদুগী মশা পুম্বা হুমাংনা পুমচোৎ চোৎলে, মতেক খরা লাক্লগা অচৌবা নুংজাওগুম্বা অমদা শাফু কন্না থেঙজিল্লি-অসুপকী মতিক কন্না থেঙঙুই, হিরুন্দা তোংলিবা নুপা অদুনা হিরুবাক্তগী থক্তোক্তুনা ঈশিংদা ঝম লাওনা তাখ্রে অদুগা হিনাও শাবা নুপা অদুসু পুংয়ান চুন্না হিনাও শাবা ঙমখিদ্রে। হি অদু মায়কৈ খঙদনা ফৈনা থৈদোক্লক্লগা ঈচেল তুখুন অমা ইন্না তাউখিবগুম ঈখঙ খঙহৌদনা তাউথখ্রি। হি অদু ঈপাকমথক্তুদা ঙহাক লেঙহন্দনা থম্বা ঙন্নবা তুংদা হিথক অসিদগী নুপা অদুনা কৌরকই—"ইনাও"। খোম্থাং অসিগী মতুং ইন্না ঈরোইবগী শউম তারক্লে, মায়কৈ অদোমদা হি হোঞ্জিল্লক্লে। মবানি অমুক ফংনখ্রে অমসুং অনকপদা উরিবা অতোঙবা অমদা হি অদু হোনজিনখ্রে। ঈশিংদা তারুবা নুপা অদুনা নোংঙাল্লমদাই মতম অদুদা ঈংবনা থক থক নীক্লকপদগী পীক্লবা হিদু য়াওনা তনীক তনীকই। হিনুংদগী ফি ময়োম অমদগী অকংবা ফি লৌথোক্তুনা নুপা অদু মফি হোংই অমসুং মানা অমুক নৌ পায়দুনা হি অদু হোনগৎলে। পঙলাপ লাপতনা খোঙবান উরক্লে, মখোয়

অনী- মক মমাঙ পাংনা উখিবা চরোৎনা নাহুই লোক্লিবা অসোমদা চঙশিনখ্রে, কদোমদা চঙখ্রবনো মফম খঙখিদ্রে।

(৬)

অসোমদা ময়ূম মকৈ থাদোক্তুনা থেঙনা অহিংদা কনা থোইদোকপা তাক্লমদনা থৌরা শাদনা চৎখিবা চাওঙৌগা মাগী মরুপকা অনীমক নোংপোক চীংশাং অসোমগী বমকু চীংজাও ফংখ্রে। চীংথক অসিদা তাখিবা অনাল খুল্লক চঙখ্রে অমসুং খুল্লাকপগী লৈফম তন্না থিরকই। খুনগী নোংপোক চিদায় অমদা খুল্লাকপগী য়ুম্নি। চাওঙৌনা য়ূম অসিদা হেক চঙলকপদা খুল্লাকপা অদুনা হান্না হংলকই ঃ

"নখোয় মোইরাংতগীরা ইচা?"

মবানিনা খুমই ঃ "মানি ইপা।"

খুল্লাকপা ঃ "অসুপ থীন্ন লাকপা।"

মদুগী মরম পীদনা মবানিনা মখোয়না থিরক্লিবা মীশিং চৎখ্রবরা হংবদা মরিনি শুখ্রে হায়না খুল্লাকপনা খুমলকই অমসুং মখোয় কোতল খুল্লক্তা লমকাং য়ৌখ্রে হায়বা তাক্লকই। চাউঙৌবগা মাগী মরুপকনা খুদক্তা মফম অদুয়ৌনা চৎখ্রগে হায়বদা খুল্লাকপনা নিনি চোনথরগা চৎলু, লম্বী লৈরোই হায়রকই। মহাক্না শীনবীদুনা লাক্লিবা মৈতৈ মচা অনীদু খুনগী ঈশিংখোঙ লোমদা পুবীরে। নোংমা খুন অসিদা লেল্লে। নিনি চনবদা মানা লমজিং ওইনবা নুপা অমা পীরে অমসুং মখোয় অহুম্মক অনাল খুল্লক অসিদগী নোংচুপ পাংনা কুমথরক্লে।

খুরবা চীংলম্বীদা অসুম লাক্তুনা আংবরসু চীংগী অরোইবা চীংশা নাপোম থাদোক্লম্লগা লারোং চীংগী চীংশা তাখ্রে। লারোং

চীংগী অনাল খুল অদোমদা অমুক চৎলমদনা বমকু চীংশা অমুক তমদুনা মথং মথং অসুম লাকই। চীংগী চীঙোন্নুং অসিদা থোইনা পংলাপ লাপতনা অকিবগী মশক ফংলবা বোম তোপ কাপ্নবগী খোনজেন্না মহৌশাগী ওইবা লোক তাইগী অচিকপা অদুবু ইতৎ তত্তনা থুগাইরি—দ্রঙ দ্রঙ লাউবা খোল্লাউনা পৃথিবী পুম্বা থক, থক নীকহল্লি। নোংঙাল্লমদায়দগী খোঙশাল্লকপনি, কোরৌহনবনা চেপথরকপা তানজা অসিৱাইদা লারোং চীং অমসুং আংবরসু চীং চীংশা নাপোম অনী শন্নরকপা শুক্লবা লোক্লুং ফংখ্রে। কোরৌচুপ্পা চারক-থক্লক্তে, চান থক্লবগীসু শেম শারক্তে। অনী অদুগী অৱাবা উরদুনা চৎমিন্নরিবা অনাল নুপা অদুনা মাগী শমদা পুরিবা ঈশিংগী উতোংদগী মখোয় অনীদা ঈশিং খরা খরা পীথকই। ঙাইহাক পোথথারিঙৈদা হৌনা নোংমৈ কাপ্নবগী মখোল তারকই। কাপ্নফম অদু কোইনা হুন্দোক্লমদুনা মখোয় অহুম্মক খোঙশাল্লক্লে। শুক্লবা লোকনুং অসিদগী অসুম অসুম হাইহগৎলক্তুনা আংবরসু চীংগী চীংশা নাপোম তারে; নুমিৎ চায়থখ্রবা তুংদা অনাল খুল অমমুক ফংলে। নুমিদাংদুগী চান থক্লবা খরা শীল্লগা পোথথাদুনা মথংগী চীংশা নাপোম অমা য়েংলি, য়েংল য়েংলগা লম্বী অমা অমুক থিরি। আংবরসু চীংজাও হেক তাবদগীদি বোম তোপ কাপ্নবগী লাল্লাউখোল অসুম অসুম হেনজিল্লকই, মিকুপ অমত্তা য়ৌনা অহাঙবা লৈখিদ্রে, তাইবংপান অসিমক বোম তোপ নোংমৈতগী শারাউ লাল্লাউ খোনতনা থনখ্রে। আংবরসু চীংগী অরোইবা চীংদোল লোম্না কাখৎলগা য়েংখিবদা মায়কৈ মরিমক মৈখুত্না কৃপখ্রবগুম তৌখ্রে। মফম অসিদা অমুক লেপ্লমদনা মথং মথং লাক্তুনা চাকমু লমখায় চীংগী চীংশা নাপোম তাখ্রে। মফম অসিদগী মোরে চীং, অদুদগী নোংচুপ পাংনা মথং মথং খুদেংথাবী য়ৌনা

লাক্লে। মরিনি চঙ্ককপগী নুমিদাংবাইরমদা খোংগাং চীংগী চোথে খুল তারে। অদুবু খুনকম অসিদা কনা অমত্তসু লৈমেদ্রে, যুমকৈ পুম্বা মৈনা চাকখিরম্নে। লমজিংলিবা অনাল নুপা অদুনা চীংগী অখুবা লোকচপ অমা তমদুনা খুৎলৈ থুনা মখোয় অনীবু পুশিল্লক্লে। মায়কৈ মরিমত্তগী অকিবগী মশক ফংলবা নোংমৈনা দ্রঙ দ্রঙ লাউবা খোনজেল্লা মখোয় মশেল ফাওবা রা-রান ঙাঙনবা তানদে। মফম অসিদা পল্লমদনা মখোয় অহুম্মক মথা পাংবরোম্নদা উখ্রিবা চীংশা নাপোম অমা তম্না পরপ পরপ লাকই। মতা ফবা চীংগী চীংদোং অমদা কাখৎলক্লুনা মায়কৈ মরি লৈনা য়েংই—শুক্লা মল্লবা চীংগী অরোই অথম নাইদ্রবা চীংদোং-চীংশা পরেং নত্তনা অতোপ্পা অমা উঙমদে। অমুক লোক তাই তম্না চৎনৈ, অমুক মতা চাবা থেন অমা তম্না কাখৎলি, মখোয়না থিরিবা অদু ফংবা মরৈখিদ্রে। কান্নররোই হায়দুনা তেংনৌপলগী চীংশা তমদুনা মখোয় অহুম্মক খোঙশাল্লক্লে। বোম-তোপ কাপ্পবগী অকনবা খোনজেল ঙহাক্তা লেপত্রি, হেন্না হেন্না কনশিল্লকই। চীং-মান লোকতাইগী মহৌশাগী ওইবা অচীকপগী শকফম অমুক লৈখিদ্রে। নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা তেংনৌপল চীংশা ফংসি লাকপনা ফনা য়াম্না চঙশিল্লক্লে। য়েৎ ওইননা চঙখ্রিবা খোঙলম্বী অসিগী মতুং ইন্না অসুম অসুম চঙশিল্লকপদা ইখঙ খঙহৌদনা মীনিল অমা তারকই, মখোয় অহুম্মক চৎলম্বদগী খংলেপ লেপ্লে, রা-রান অমত্তা ঙাংনদনা মনাক অদুবাইগী অশোংবা নারক অমদা মহৈ মহৈ নাথৈনখি। চাওঙৌনা হায়রকই, "শোয়দ্রে মফম অসীদা মী খরদি লৈরে।" অনাল নুপা অদু নারক মোংশোং অদোমদগী লৈথোক্লুনা চৎখ্রে। নোংমৈ কাপ্পবগী অতৎ অথম লৈত্রবা লাম্লাউখোন মরক অদুদা মখোয়গী মনাক ইনক নকপদা করি থোক্লিবগে হায়না খঙনবা

হেৎনরুবা অরেম্বনি। ঙাইহাক লৈরগা আনাল নুপা অদু "ইতাও" হায়না কৌরকই অমসুং মবানিবু তম্না লোকখা অমদা চিংলকই। অতেম্বা থেল, ঈশিং খোঙ, মনাক অমদা নুপী অঙাংশিং খর পোথাননিবদু উরে অমসুং মখোয়সু ময়াম অসিগী মনাক তান্না লাক্লে। ময়াম মরক য়ৌরক্লবদা, লেনরমলিবশিং অদুগী মরক্তা অশোক অপন নঙবসু য়াওরে হায়বা উরে। অদুবু মখোয়না থিরক্লিবা মীশকশিং অদুদি য়াওরমদ্রে। অনাল নুপা অদুনা লোইরোই লোইরোই ৱাংখ্রিবা চীংশা থিন্দুনা তাক্লগা মখোয়বু মদু তান্না অমুক চিংদুনা পুরক্লে। নুমিৎ তাশিল্লকপনা লোকনুং অদু পুমম মমশিল্লক্লে। খঙহৌদনা মফম অদুদসু মচি মচিদগী অমমম অনী চঙনরক্তুনা মীগী মী ঙাক্তা মঙায়খ্রে। অনালনুপা অদুনা ময়াম মরক্তা চঙদুনা হংলুরবা তুংদা মখোয় অনীবু অমুক নোংচুপ পাংবা লোকচপ অমদা চিংদুনা পুরক্লে। হান্না লম্বী লৈতবা মফম্নি, মম্বনগা শুক শুখ্রে অমসুং ৱানা লাক্লবা তুংদা লৈতেম মান্নবা থেন অমা ফংলে। নারক অদুদগী নুপা অমা থোরক্তুনা হংলকই ঃ "বমকু চীংতগী লাকপারা?" অনাল নুপাদুনা 'মানি' হায়না খুম্বগা লোয়ননা মখা তারকই ঃ "মৈতৈ মচা অনী য়াওরকই, মখোয়কী মী থিরকপনি। মখোয় কতায়তা লৈবগে?" মখা অমুক খুল্লমদনা নুপা অদুনা অৱাং পাংনা চিংদুনা মখোয় নাপীশিংনানা কূপ্লবা খাংপোকশঙ অমদা চঙশিল্লক্লে। ফককী থোঙ হেক হাংদোক্লকপদা পীক্লবা থাউমৈ অমা উবা ফংই। থাউমৈগী মনাক্তা মীওই অনীখক ফম্লমই। ইমুংদগী অহল অমা চেঙ্থোরক্তুনা "চাওঙৌবা" হায়না কৌরকই। পাউখুম অমুক পীবা নংহৌদনা মখোয় অনীমক চেজেৎ কোন্নরকই অমসুং লৈরিল্লবা অহল অদুনা হান্না হায়রকই ঃ

"নহাক য়ৌরককনি হায়বা থাজরুদ্রে। নহাক লাকপা ওম্বোক্লা তান চারে।"

থীন্দনা চাওঙৌনা মহাক নিংখৌখোঙ লোমদগী মরুপ অমগা লাকমিন্নে হায়না অহল অদুদা তমই অমসুং মপা কয়া শাথিনা শোক্লবগে হংই।

অহল ঃ "খরা শোক্লে।"

(৭)

চাওঙৌনা ইমুংদা চঙশিল্লকপদা ব্বাচেৎকী কাংথক অমদা চরু চানাই উনা-ব্বানা খরা চাইথোক্লগা শেগায়রবা ফিজেৎ ফিগাই অমনা মিৎ অনীমক পুনশিল্লদুনা হীপ্পিবা অহল অদু উবা ফংলে। চাওঙৌনা অনাবগী নাক্তা ফমথরগা মখোঙ পায়রগা হায়রকই ঃ "পাবা ঐহাক লাক্লে।" মপানা মফম অদুদবু করিগী লাকপনো হংবদা মানা হায়রকই, "পাবনা হকচাং ঙমদে তাবদা লৌরুগে লাকপনি।" মচানা য়ূমদা পুননবা লাকপনি হায়বদা অনাবনা পাউখুম পীরক্তে, শোর শাংনা শাংনা হোনবমবখৈদি তাবা ফংই। চাওঙৌবনা শাজৌ-রোমদা অমুক য়েংখৎলকই, মখোয় অনীমক মিৎ চানৈ। অদুগা অনাবনা মতেক মতেক ওইনা হায়রকই", "ইপাদি অমুক হল্লরোই লাক্লবনি, নহাক খঙহৌবদাই। ময়াম অসিগী মতুং অসুমক ইল্লকখিগে। ঐগী ইথৌদাং অসিমদি পাঙলবসু পাঙদ্রবসু থাদোকখিরোই।"

শাজৌবনা মচাবু থওইনা কৌবনি হায়জরবদা অনাবনা অমুকসু খুল্লকই, "ঐহাক খঙিঙ ইতাও, নখোয়গী খুরৌ ঐ ওইরে। অদুবু মফম অসিদা ঐবু শিহনবীয়ু। চৎলমদায়দা ঐখোয় অনি করি হায়নরকপগে?...ঐগী লায়েংনবা মফম অমুক

লৈরবোই। এবু থাদোকপীগনু।”

মপাগী বাহৈশিং তাবদা চাওঙৌনা থম্মোই শোক্লা “পাবা” হায়না লাওই। মদুদা অনাকনা মখা তারকই ঃ

“নুপানা অদুম্না পুকচেল্ল পীকদৌবা নত্তে। লাইরিক লাইগু করিসু হৈত্রবা চরু ফুদিত্তা চাওবা ঐনা খনগদবা য়াফন্নি। ইপাগী নীংলিবা অসি অমুক থুগাইরগনু ইবুংঙো। নহাক চৎলো ননাওশিং, নচনশিং পুন্নমকপু কোন্দুনা নহাককী তৌফম থোকপা নথৌ পাংথোকউ। ইপাগী দমক অমুক নুংনাংলুরগনু ইপানা নীংজরিবা কায়হল্লগনু।”

কনামত্তা বা মখা তানখিদ্রে। মফম অদু পুমচীক চীকখ্রে। পীক্রবা পোদোল থাউমৈগী মৈরীনা খাংপোকশঙগী অহোবদা হুমজিল্লকপা নুংশিৎকী শাফুদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা মুথলি মুথলি হাইহন্না খাঙলি। চাওঙৌনা মপাগী মখোঙ থম্বাল অনীবু মখুৎ অনীনা কোল্লি, ঈশিংদগীসু হেন্না ঈংলে হায়বা খঙলে, অদুবু করি তৌগনি? য়াচেৎ পোল্লাংগুম তোংশা য়াওদ্রবা হকচাংনা লফু মতুপ তাবগুম তারি। বাঙাঙ খুদিংমক্কী মশা পুম্বা তনীক তনীক খাঙলি, হুমাং মরীক শৌরি।...অনাবগী ফিভম খঙহৌদনা ওনখিবগুম তৌরি, অমুক হন্না তুমথখিবগুম মাগী অকোয়বদা করি থোক্লিবগে খঙখিদ্রে। শাজৌবনা কৌরকই “ইতাও!” অদুবু পাউখুম অমত্তসু পীরক্তে। চাওঙৌবনা কৌরি—“পাবা”, অদুবু তাখিদ্রে। মরক মরক্তা চোইরোলগুম্বা মরোল মরী লৌফম খঙদনা মতেক মতেক ঙাঙলকই।...মশা পুম্বা লেকথরক্লে, অদুদগী কন্না তুমখ্রে। চাওঙৌবনা মপাবু হন্না হন্না কৌই, অদুবু পাউখুম অমুক পীরকখিদ্রে।

অনকপা, অরাম্বদা চীংশা নাপোম থক থক নীকহন্না তোপ কাপ্পা অমদি বোম পোকখায়বগী মখোল তারি, মায়কৈ মরিমক পূমনিল নিল্লি। শুক্লবা লোক্লুং ৱাং চাওরবা চীংজাওথক, উচেক ৱায়াগী শঙ্গু শঙ্গুনা লাক-না লাক-না খোংদুনা মায়কৈ খণ্ডদনা পাইখোকখ্রি।... তনৌ তনৌরিবা, য়াকায়রকপদা মণ্ডায়রিবা, অয়ুক্কী ফিজেৎ লৈতেং, ফজ নীংথিবগী মতৌ লৈখিদ্রে। মতম অসিদা খোংগাং-চোথে-চীং অমসুং তেংনৌপল চীংশা অনীগী লোন্নবা, শুক্লবা লোক্লুং অমগী লৈতেম মান্নবা অকোকপা নমহাং অমদা নীংথীনা শেম শারবা চিতা অমগী মথক্তা মচু অহন্না তিল্লবা ফিরান্না কূপ্লবা ৱাচেৎকী শস্তক অমা থাঙ্গৎলক্লে, মীয়াই চল্লবা নুপা অমনা চিতাগী নাক্তা উয়ুংবগুম লেপ্লিবা নহা পাখঙ অমগী মখুত্তা মৈহুম অমা পায়হল্লে, মহাক্না চিংদুনা চিতা অদু য়েৎওইনন্না কোয়রক্লে। শেগায়রবা ফিমন শেৎলবা, মখুত্তা খুৎলায় পায়বা মীওই তরা কুন্না নোংমৈ চিন্দোন থাঙ্গৎলদুনা ঙাইরি। মখোয়গী অকোয়বদা চীংগী খুনজাশিংনা, নুংশুক নুংজাননা, মিত্তা ঈরা চেন্না চিতা অদুবু য়েংলি। তরেৎলক শুনা কোয়রগা খুয়া লুখুম মৈ চুখ্রে; তানজা অসিমক্তদা পরেং লেপ্লিবশিং অদুনা মানা মানা পায়রিবা নোংমৈশিং মথং মথং কাপথোরকই। মখোয়গী নাক্তা লেপ্লম্বা বেঙ্গুল খোংবা অমনা অরোইবা বিদাই পীখ্রে। চিতাগী নাক্তা লেপ্লম্বা নহা পাখং অদুনা চিতারোমদা ওনশিন্দুনা দণ্ডবৎ শাংনা তাদুনা নোংখোংবগুম কপ্লকই। মাগী তুংদা লেপ্লম্বা মকোই মরাং চোল্লবা নুপা অদুসু চিতারোমদা ওনশিনদুনা ভক্তি কথলি, থম্মোই শোক্না তেংথারি। অহল অদুনা নহা পাখং অদুবু হৌগৎপীরগা হায়রকই, "ইবুঙো চাওঙৌ, ইতাওগীদি মরায়বক ফবনা মাতৃ-সেবাগী দমক মথায়

কৎপ ঙমখ্রে। মহাক্তি চঙনা স্বর্গ কাখ্রবনি। হৌগৎলু কপ্লুরগনু। মাগী সেবা লোম্নবা হোৎনরুরসি।"

যজ্ঞ কুণ্ড অদুদগী খরা হন্দোক্লুনা লেপ্লে; অকোয়বদা লৈরম্বা পুন্নমক মাগী মাগী শরুক উতেক-বা-তেক অমত্তা ওইরবসু চিতা অদুদা কৎলরি। কৎনরম্নগা মহৈ মহৈ মখোয় মখোয়গী মথৌ তৌরুনবা সর্দার অমনা হুকুম তৌখ্রে। ধর্ম তিন্নদবা, হিন্দুনা কনা, মুসলমান্না কনা, চীং তমগী মরোল ইরোল তিন্নদ্রবা—ঙসি তিল্লরিবা মীয়ামশিং অসে অমত্তা ওইনা উরক্লে। মরৈবাক অমত্তদা পোকমিন্নবা, স্বর্গ পক্লা ৱাংলবা হিমালয় চীংজাও চীংশাদগী হুল্লকপা মালঙ অমৃত থকমিন্না শেংলবা পৃথ্বী লৈমায়থক অসিদা চেল্লিবা তীর্থ লীশীং লীশীংনা তিল্লবা, পাকচাউরবা, পীক্লবা ঈচেলশিং অসিগী লাইজ ঈশিংনা ঈথৌ লাংবা কোকমিন্না পলেম পম্থৌ কয়াগী পুণ্য দেহগী চঙনফম, তৃংনফং শেমখিবী, ভারত লৈমা ইমাগী, মিৎকী পিরাং তৈথোকলুগে লাকচবা মচাশিংগী লমদন্নফম য়াকাবুং ওইহৌরগনি। ঙসিদি মমা নীংবা মচাশিংগী দেহগী ঈতনা নঙ্গী মায়থোং থম্বালগী লায়বক্কী সিন্দুর ওইনরে, খোইখোঙ্গনবী শল্লাংবু অদুগুম্বা ঈতনা চেংহী শম্বাল লাংজরে। নথাদগী নচাশিংনা নোক্ল নোক্ল মমাগী দমক যজ্ঞ কাস্থ ওইনা মাতৃসেবাগী যজ্ঞদ্য পূর্ণাহুতি পীজবা ঙম্লে। নঙ্গী মিংচৎনা ভারতকী নীং তম্বগী ইতিহাসকী লামায় খুদিংদা সনাগী ময়েক্তা মতম কুইনগী দমক লেঙদনা তাহৌরগনি। শুক্লবা লোক, চীংনুং মান্নুং ফাওদুনা শেংলবা যজ্ঞ কুণ্ডদগী থোক্লকপা মৈখুনা শন্দোকখ্রি, পাউদমলুরি—মীপূম খুদিংদা "হৌগৎলো, হৌগৎলো নমাগী দমক নথ্বায় কৎলরো। কৎখরে মাগী মাগী শরুক, কৎলোলাও নখোয়গীসু।" পাউজেল অসি খোম্থাং ওইনা অকোয়বদা লেপ্লম্বা মীয়াম অদুনা খোনজেল

অমত্তা ওইনা নোংদোন ফুন্ন লাউরকই—"জয়হিন্দ। জয় জয়, ভারত মাতাকী জয়। জয় জয় আজাদ হিন্দ ফৌজকী জয়।"

ময়ামনা লুচিংলিবা মীওই অমনা মৈতে মচাশিং অদুদা, মখোয়গী চৎনবীগী মতুংইন্না য়াতাখ্রবা নুপা অদুগী কর্ম্ম পূন্নমক লোইশিন্নবা শিন্নরম্লগা মফম অদুদগী হনখ্রে। মখোয় পূন্নমকী হনবা নাইদ্রবা লিংজেল, মখোদাংগীদমক মথ্বায় কখোকপদা হালেংদবা মতৌদু উরগা কপ্পুনতা লৈরম্বা চাওঙৌ খঙহৌদনা কপ্পা তোকখ্রে। থম্মোই নুংদগী হৌরকপা ইতোপ তোপ্পা ঈচেল অমনা কায়নবগী ঈচেলবু ঙমখ্রবগুম মায়থোঙ মকালান্না, তাইবংপান পূন্নমকপু মখুবাক মনুংদা অমুক্তদা পায়শিনবা ঙম্লগদৌগুম মখুৎ অনী খুদুম চেৎনা পায়রগা মনাক্তা লেপ্লিবা অহল অদুদা হায়রকই, "খুরা অসিদগী হেন্না নুংঙাইবা অম্না করি অমুক লৈরমগনি? ঐসু, নখোয়গী নতুং ইল্লগনি য়ুমদ্দা অমুক হল্লরোই।"

ঙাইহাককী মনুংদা মফম অদু বোম তোপকী মখোন্না নাকোং চেৎখায়খিগদৌরে। মীয়াম পূন্নমক মফম অদুদগী খঙহৌদনা মাঙনখ্রে, লৈহৌরিবা হায়রবু চাওঙৌ, শাজৌবা অদুগা চাওঙৌবগা লোয়নরকপা মরুপ—মখোয় অহুমদমক ঙায়হৌরে। অহল অদুনা যজ্ঞ কুণ্ডগী মনাক্তা চঙলক্তুনা যজ্ঞ অদু লোইননবা শেম শাখ্রে। মনাক্তা চেল্লিবা চীংগী তুরেল অসিদা উৎপুং ওইরবা পূণ্যদেহ অদু ইন্থখিনবা হোৎনখ্রে। ৱাগী উতোং অমদা শেংলবা উৎ খরা লৌশিল্লগা চাওঙৌবগী মখূত্তা শিন্নরে—অরেম্বা পূম্বনা ঈচেল অদুদা ঈন্থখ্রে। খূত্তা থাংজৌ পায়দুনা মালেম লৈমায়থক লৈয়ি কারল ফৈনা চিংলে, ঙসি মখৈ তাইবংপান অসিদগী বিদায় লৌখ্রে। অরোইবা ওইনা মখোয় পূন্নমক ঈচেল অসিদা কুমথরক্তু না তর্পণ কৎলরে।

মখোয়গী মথৌ হেক লোইখিবগা লানশঙ তান্না লাক্লে। মফম অসি য়ৌরকপদা কনা থোইদোকপা অমা লৈরমদ্রে—মী পুন্নমক মাগী মাগী মথৌ পাঙথোক্লুনবা তন্না খোঙ শান্নখিরম্লে। শাজৌবনা হায়রকই, "লাইবকফবা ইতাওগী লোইখ্রে। নহাকসু লাইবকফবনা ইতাওগী সেবা ফংলরে। হৌজিক নহাক্কী শিষ্ট্য হায়ববু চৎনবী মতুং ইন্না ইতাওগী দমক অঙম্বা খরা কৎলুনবা হোৎনরুরো। ইতাওগী পুণ্যদেহগী উৎ অসি ইমাশক্কা নাওয়োক নাওকোনখ্রবী লোক্তাক ঈপাকথক্তা তিলহল্লুরো। মপুরোইবগী সেবা মনীংথুংনা ফংজহৌদ্রবী ইমাগী মফমদা পাউ অসি তম্লুরো ইমাগী মনীং থুংহল্লুরো। ঙসিমক মফম অসিদগী চৎখিনবা থৌরাং তৌরো।"

চাওঙৌবা ঃ "ঐহাক অমুক হল্লরোই খুরা; ইপাগী খুদুং লীরগে। থবক অসিনা পাঙথোক্লবা তুংদা—"

শাজৌবা ঃ "মদু য়াদে চাওঙৌ। নহাক্কা অসিদা লৈদুনা ঐখোয়গী ইরক্তা পাঙগদৌরিবা থবক অদুতনা থবক নত্তে। মচা অমা ওইবগী তৌফম থোকপা অদুসু নহাক পাঙথোক্লুগদবনি। য়ুমদা হল্লগা নহাক্কা পাঙলুগদৌরিবা, হোৎনগদৌরিবা থবক য়ামই। ঐখোয়না লাক্ত্রিঙৈনা নঙোন্দা ঙম্না শিন্নরম্লবনি। মৈত্রবাক্তা নত্তে ঐখোয়না কনগদৌরিবা! করিগী অদুপ পঙথরিবনো? খুরাগীসু বা অমা অনী শিন্নগে। নন্দোনগী মফমদা, ঐগী অঙংশিং অদুদা, মতম্না থবক্কা য়াখিদদুনা মীনমখ্রবনি। হৌজিক্তি ব্রাফম অসি তাকলুখিগনু। করিগুম্বা মতমদা ঐনা মরাকখিদ্রবদি ব্রাফম অসি খঙহল্লু। নহাক চৎনবা শেম শারো।"

ঙাইহাক লু-লূক্কা খল্লগা চাওঙৌবনা হায়রকই ঃ

"ফরে ঐহাক মদুমক পাঙথোকলুনবা হোৎনরুগে। অতৈ

অতোপ্পা করি অমুক তাকপীগদবা?"

শাজৌবা ঃ "উম্ লৈরি, কয়ামরুম লৈরি।"

অসি হায়রল্লগা মখা অমুক তারকখিদ্রে। ঙাইহাক খল্লুরগা মখা তারকই ঃ "মসি হায়ররোই চাওঙৌ। মতাং অসিদা ঐনা অমুক ঐগী ইরল্লাই য়েংবা হৌনদ্রে।"

চাওঙৌ ঃ "ৰাফম অদু তাকপীয়ু খুরা। পাবা লৈত্রে নহাক হৌজিক ঐগী ইপামক্কা মান্নরবনি। লন্নাই-ৰা হায়বা অমুক লৈতে।...ৰাফমদু তাকপীয়ু নত্রবদি ঐহাক খোঙ থাংবা ঙম্মোইদৌরি।"

শাজৌবা ঃ "মরু ওইনা ঐগী অঙাংশিংগী দমক...ফরে মসিমক্কা নহাক্কী তৌদফদবা নথৌ অমা ওইনদি খক খল্লুগনু। অখঙ অহৈশিংনা হায়নৈ, অহানবা মচা কোকহন লাইহন হায়বসি নুপী ওইরবসু নুপা ওইরবসু মী মী অদুগী অশেংবা মচানি। অতৈগীদি অতৈগী ওইরে, ঐগী যমুনা অদো নঙোন্দা শিন্নগে, অসিদনি ৰা অসে।"

তানজা অসিমক্তদা খোংজাই নুপা অমনা মায়কৈ অসোমদা অহল অদুবু "ইপা, ইপা" হায়দুনা কৌরদুনা চেনশিল্লক্লে, মহাক্কা হায়রকই, "হৌজিকমক চীংখাং অসি কাতবা য়াত্রে—নহাকপু ঙাইহৌরে।" মখুৎ পায়দুনা চিংদে হায়বদা মখাকই। শাজৌবনা "ইপা চৎলে, নহাকসু চৎনবা তৌরো লম্বী তাক্লবা মী থারক্কে", হায়রল্লগা মখা অমুক তারমদনা খোংজাই নুপা অদুগী মতুং ইন্না তফিং তফিং চেনখ্রে। ৰা মখা অমুক তান্নহৌবা নংদ্রে।

## (১০)

ইখঙ খঙহৌদনা তোংজৈ মরীক্লোমদগী তকশিল্লকপা জাপানগী অমসুং আজাদ হিন্দ ফৌজগী লানমীনা লমাংদোং চীংশা

পায়শিল্লক্কুনা খ্বাইরাকপন লমশাং অসোমদা মায়কে অনীদগী অকনবা লানফম ওইররে। লৈঙোইনা পক্কিংবগা অমহানি, অচেনবগা অতানবগা অনীগী লমজেন্নি। লোইললমগী বৃটিশ লান্মীবু অসুম অসুম তুকথোরকপনা মাইবম লোকপচাং রৌশিল্লক্রে। চৈরক অসিদা "এল্লাইদ ফোর্ছকী" এরোপ্লেন্না নিংথৌখোংদগী মোইরাং খুনজাও ফাওবদা নোংমা কাংদনা অকনবা বোম থাদরি অমসুং য়ুম, কৈ, লৌবুক লমহাং চপ মান্ননা পূন্নমক তেমথোকখ্রে। অসুম য়েংথোকখিবদা লেক্কোক ঈপাক থক অসিগা ইশম শম্ননা অদুমক তামখ্রে।

চৎকনি হায়বা ফাওবা তাক্লমদেবমখে চৎখিবা চাওঙৌবসু ময়ুমদা হল্লক্রে। মপাগী দমক পাঙথোকফম থোকপা কনা থোইদোকপা খঙহন্দনা পাঙথোকপ্লে। খাইনা মৈচাক ফংলবী, মাবু পোকপী মমাগী মতৌ য়েংঙমখিদ্রে। পুন্সি লমশাং কয়া শাংনা লেনমিন্নরক্লবসু অরোইবা খোঙচত্তদি মানা সেবা ফংহৌদ্রে খনবদা থম্মোই পুবা য়াখিদ্রে। অথেঙবা অহিং খুদিংদা থম্মোই খুদুম শুনা মায়থোং থম্বান্না মোল্লাংথক্তা থম, চৎখ্রবা মপুরোইববু হীক হীক কপ্না কৌজবা নওনা অতৈ অমা ঙমখিদ্রে।

অদুন্নদি ওইরগা বাফম অসি চাওঙৌবগা মমাগা নত্তনা অতোপ্পা অমগী নাকোং য়োহনখিদ্রে। যমুনাহোইগী, ইমুং ফাওবা পাউ অসি য়োহনখিদে। যমুনাগী মফমদদি মপানা নাদ-য়েক্তনা লৈহৌবগী বাফম অসিমদি তম্লম্বসু, য়াই, মরমদি মহাক্না হেক হল্লকপা মতুং অসিদা নোংমা কাংদনা যমুনাগা ইতৎ তত্তনা উন্নরে, লোন্না লোন্না বা তান্নে। অদুগা যমুনাগী শকওং শুকফম হান্নদগী ফনা য়াম্না হোংখিরম্লে। মত্তম কুইনা ককখিদ্রবা শাইনোন অনী না মৌগী শিংদা চল্লবগুম লুতুং তাবা শম্লাং মরক তিনখ্রে, কোরৌ

নোংমতংবু মায়থোং মকারাম্বা উখিদ্রে। খাইনা উবদা মপা লৈরবসু লৈত্রগুম্না, লুখ্রানা য়ুমপানবগী খমথেংবী বাবা মতাং য়ৌরে। চৎফম শুফম খঙদনা মীগী ময়ুমদা তাংদুনা পোকপদগী তৌরকতবগুাক শিন্থাদুনা শিদনবা হোৎনরক্কে।

অসুম্না চাওঙৌবা অমসুং যমুনানা লোন্না লোন্না বাতানবা অসি সমরেন্দ্রনা অয়াম্বা মতমদা উবা ফংই। মহৌশা থাঙ্গ ঈথৎপুং অসিদা লাক্তরিঙৈ মমাংদগী সমরেন্দ্রনা যমুনাদগী লাপথোকনীংবগী নত্রগা তিন্নতোৎননীংদবগুম উখি। অইবনা য়াম্না হৈনা শিংনা উপন্যাস অসিগী মপুং ওইবা ইচেল লোক্তুনা থম্বদগী অসিগুম্বা সমরেন্দ্রগী মফমদা চিংনবা থাজদবা অসি পোকখিবনি। অইবনা শেম্বগী মনুংদা চাওঙ্গৌ নত্রগা চাওঙৌবগী শক্তম অতাঙবনি। মশাগী ওইজবনি হায়বা করিগুম্বা অমত্তা উত্তনা অতোপ্পগী নত্রগা লৈবাককী দমক্তা পুন্সি কখোক্লবনি। লাইরিক ইবনা হৌরকপদা মাগী মরমদা থারি ঃ "...চাওঙৌদসু ঐনা শিন্নরিবনি—অঙাং অসে মপাগী মচানি, নোংমতংবু ঐখোয়দা হঙ্গৎনা য়েংদে। ঐদি অঙাংশিং অসিগীদুম খল্লিবনি মপানসু অদুগুম্বা আশা লৈ।" যমুনাগী মপানা অসুম্না খল্লবসু অমসুং লানফম মফমদা চীংলক্তা শাজৌবনা যমুনাবু চাওঙৌবদা মচিন থোক্লা শিন্নরবসু, মাগী মফমদা মচন্নি হায়বদগী হেন্না করিগুম্বা অমত্তা খনবা লৈখিদে। শাজৌবনা ময়ুম থাদেক্লিঙৈগী মমাঙদা ঐখোয়না চাওঙৌবা তোয়ন্না থেংনবা লৈতে; মহাক্না চৎখ্রবা তুংদতা বনা তাহনবা য়াদবা মাগী পাউ পুরক্লবগী দমক মরু ওইনা যমুনা অমসুং মাগী মমা উনবা খর তোয়না লাকখিবা তাখি। মহাকসু ঈনথৎলকপ পাখঙ ওইবা অমসুং নুপী মচা অমগা নুমিদাংগী মতমদা বনা উহন্দনা উনবা তারকপদা যমুনাদা খোয়দাজরুবা সমরেন্দ্রগী মফমদা কন্না চিংনবা ফাওদবা

ঙমখিদে। পূন্নমকসি শাজৌবনা ময়ূম থাদোক্তুনা মরৈবাককী নীংতম্নবগী লান য়াওরুন্নবা চৎখিবদগী থোকপনি। অসিগুম্বা থৌদোকশিং খর হঙ্গৎনা য়েংলবদা ঃ

(ক) শাজৌবনা ময়ূম থাদোক্তুনা চৎখ্রবা তুংদা নুমিদাং অমা ইহান হান্না চাওঙৌবনা যমুনা খোয়দা লাকই। ঙাইহাক ফম্নম্নগা মানা থোরক্লবদা যমুনানা তান্নরক্তুনা চাওঙৌবদা মপাগী মরমদা অখঙবা তাকপীয়ু হায়না তক্লখি।

চাওঙৌ ঃ "ঐনা হেন্না লাকহন্নীংইবনি। ঐনা হায়রিবা অসিনি করিসু চিংনগনু। চঙ্ঙো চঙ্ঙো।"

ৱা মখা তানা হংজবা ঙমদ্রবগুম যমুনানা য়াম্না হৈনীংদনা মমায় লৈথোরকই, মহাক্না চঙহৌবদু চাওঙৌনা লেপতুনা য়েংহৌই। মহাক্না কোম্বোং তম্না মায় লৈথোক্লক্তুনা খোঙ হেক থাংদোক্লকপা খুদক অসিমক্তদা সমরেন্দ্রনা চঙশিল্লকপগা মপা চান্নে—থেংনরমগদবা শমদা মঙায়। অমনা অমবু ইখং খংনা "কনানো"? "ঐনি" অসুম্না হংনৈ, খুন্নে—থৈদোক্লদুনা চৎনখ্রে। সমরেন্দ্রনা শুমাং হেক য়ৌরকপদা মাঙ্গোলগী দারীদা কাখৎখিবদু উহৌবগুম য়ূমজাও অসোম তম্না পরপ পরপ চঙশিল্লকই, ফংনদ্রিঙৈ চৈরক্তা অমদি থোং হাংদোক্তুনা ইমুং য়ৌখ্রে, কৌরম্লবসু মতারমগদবনি। ইমুং চঙশিনখ্রে, খঙলবমক্তদা সমরেন্দ্র দারী মপান, শাইজিন ইচুম তাফমদা লেপ্পুরি।

(খ) লানগী ফিভম ফৎচিল্লক্তে, মোইরাং খুনজাওগী মী-ওইশিং লৈবা য়ারক্ত্রদুনা মাগী মাগী খঙন চান্নবা অরাপ্পা খুনশিংদা লৈফম থিনরক্লে। অয়াম্বনা থাঙ্গ-ঈথৎপুংদা শাইদাংফম থিনরকই। যমুনাখোইগী ইমুং অমসুং মখোয়গা লোয়নন্না সমরেন্দ্র মমা মচা থাঙ্গ-সলাম হায়না খঙ্নবা লৈকাই অসিদা চাওঙৌবনা শীনবী

লাওবীদুনা ইমুং অমদা থাগোই অমসুং ইবেমচাওবী মমা মচা মখোয় পুল্লপ্না শঙ্গোয় অমদা লৈফম অমত্তংনা কা অনীথোক্লা খায়রগা য়ুমথুং ওইনা লৈরি। চাওঙৌবনা লৈরিবা য়ুম অদুগা য়ুমলোন মঙা তরুক্তা মখল্লি। নোংমা কাংদে, চাওঙৌনা অয়ুক্কী নুমিদাংগী হেক হেক লাক্কুনা য়েংবীরে, অৱাৎ-অপা হংবীরে। যমুনানা মানা লাকপা খুদিংমককী করিগুম্বা ৱাফম অমা লোন্না লোন্না হেক হেক হংজে—ৱাফম অদু করিনো কনা অমত্তসু খঙনদে। অরোনবা থবক হায়বসিমক্তবু করিসু নওবা ৱাফম ওইরবসু অনকপা অকোয়বদা লৈরিবশিং অদুনা চুম্না খঙনীংবা অদুদগী শরুক চাম্ম হেন্না খঙনীংই; অদুগী মথক্তা চাওঙৌ অমসুং যমুনা মথোৎ কারকপা কারকপগী মীপুম খুদিংনা কল্লকনীঙাই ওইবা মতাঙনি। মখোয়না অসুম্না লোন্না, কনা খঙহন-তাহন্দনা চিবোন চিবোন তাল্লক ওইবা তানজাদা হেক হেক তান্নবা অসি যমুনাগা য়ুম অমত্তদা য়ুমথুং ওইমিন্নরিবা সমরেন্দ্রনা ওঙ্গোক্লা নুংঙাইতনা, লাংতক্লনা কল্লক মিহৌ-চাওবা মিতাগুম উই।

যমুনাগী মতৌ অসি উবদা থম্মোই পুবা য়াদ্রবা সমরেন্দ্রগী মওং অদুবু অইবনা থারি ঃ

“ঙসি মঙানি তরানি অসিদি মহাক চাকলুক পান্দা ফল্লগা অনাশঙ্গুল্লবা মীশক্কুম্না চখোম অমা অনী হেক হুক, ঈশিং খরা খরা হেক্তা থক্লগা মতোকখি। মশক মচু থোকখিদ্রে, মশাগী মপাঙ্গল হম্থনা উরে। মহৌশাগুম্না থোইদোক্লা অখাকপা থমদনা লোয়নখিবী নিঙোল মরুপ যমুনাগসু লোন্দিল খুনদিন্নদ্রবগুম ৱাগা মচেৎ অমত্তা ঙাঙনখিদ্রে। মচি মচিদা পোল্লি, পোল্লি হেক হেক ফম্মি, যমুনাবু উরগা উদনবা লোৎলি। মহৌশাগী শাজৎকা ইমান মান্নখিদ্রে।”

অসিগুম্বা ফিভমদা লৈরিঙৈদা নোংমা অঙনবা অয়ুক্তা সমরেন্দ্র

কনা অমা তাক্লমদনা য়ুমদগী থোক্লক্লে, অৱাং পাংনা লাক্কুনা থাঙ্গ চীংগী চীংখাং য়োঁশ্রে। লাইজ ঈপাক থক্কী লৈচীন্না মরোল মরোল কুপখিবনা লোক্তাক ঈপাক য়ৌনা উঙমখিদ্রে। অদুবু কনানো অমা লৈচিনমরক খায়না মহাক্না ফম্লিবা অদোমদা চঙশিল্লকই। অসুম অসুম নকশিল্লক্লে, কনা অমা নৎলমদ্রে—যমুনানি। সমরেন্দ্র ফম্লম্বদগী ফুক হৌগৎলক্কুনা চীংদোক্লোমদা পরপ পরপ কাখৎখ্রি, চীংদোন লোমখ্রে, লোম্লম্লগা নোংপোক পাংবরোমদা কূমথখ্রে। মাগী তুংদা চীংদোনথক অসিদা লেপতুনা "কদোমদনো?" হায়না লাউহৌবা খোনজেল অমদি লৈচীন মরক খায়দুনা মতুং ইন্নরকপগুম তাবা ফংই—তৌইগুম্বসুং সমরেন্দ্রনা পাউখুম অমুক পীরমদ্রে। কূংনা হৌরিবা লৈচীনমরক্তা অদুমক চঙশিনখ্রি। যমুনাসু তফিং তফিংনা খোঙকাপ অমা অনী চঙশিল্লগা চপ লেপতুনা লৈহৌরে, অমুক তান্নরুদ্রে। সমরেন্দ্র খঙহৌদনা চীংখোঙ য়ৌরম্লে। লৈচিল মরক অদুদা নুমিৎকী মঙাল খর ফাওজিল্ল-কপগুম তৌরকই অমসুং মফম অসিদা পংলাপ লাপতনা হিথাংফম অমা ফংলে। মফম অসিদা মীশক অনী অহুম্না ঈপাকলোমদা হি অমা ইম্থোক্লবা হোৎনরম্লি। শকখঙনবা অমতা য়াওবা নত্তে অদুবু মানা হংজবদা ময়াং ইম্ফাললোমদা থবক শুবা চৎকদৌরিবনি হায়না তাকপীরকই। মহাকসু য়াওজগে হায়জরুবদা অহল অমনা য়াবীরকপদগী মহাক হি অদুদা কাখৎলে অমসুং মিকুপ খরগী মনুংদা ঈপাকথকলোমদা হি অদু হোন্দোরক্লে।

লোক্তাক ঈপাকথক্কী লৈচিন্না হেক হাইদোকখিবগা নুমিৎনা কোক্তোন্দা থোক্কুনা লৈরম্লে। মমা ইবেমচাওবীনা মচা সমরেন্দ্র করি লমদা চৎখিবগে খঙদবনা, লৈজবা খর অদু শীনলাঙদুনা মচাগী দমক্তা থোংথাকপা লাক্লরি। অদুবু নুমিৎনা নোংচুপ লোমদা

চায়থবা হৌরবা ফাওবদা মচাদি হল্লকপা লৈখিদ্রে। সমরেন্দ্রনা মহল্লক্তুবা অসিদা ইমুং অনীমক থোং থাকপা লোইনরবফাও চানথক্লদ্রি, অদুপ চাখ্রিবা হায়ববু লৈমাগা, নুপামচা শেঙ্গোয়গা অনী অসিতনি। মমাগা মমহানগা অনীনা লাঙতক্লনা হংনরিবা ৱাফম অসি সমরেন্দ্রনা চৎখিবা মফমমক খঙহৌদ্রবসু কদোমদা চৎখিবগে হায়বা অসিমদি যমুনানা খঙহৌই, অদুবু খঙদা-শানা তুমিন লৈ। নুমিৎ খুদিংগী হনজিল্লকপা মতম ঙসায়না হেনখ্রে। থাগোইনা হৌদোরকপদগী ইবেমচাওবীগা মবানি চাওঙৌবদা তাক্লনবা থোরক্লে।

মখোয়না চৎখ্রিঙৈ মমাঙদগী যমুনাদি মথনতা ইংখোন্নুং অসিদগী থোকখ্রবনি। মহাক্না ঙসায় অঙনবা অয়ুক্তা উনখিবা মফম অদু য়ৌখ্রে অমসুং ঙাইহাক লৈনা য়েংলম্লগা চীংখোঙ তম্না কুমথখ্রে। লম্বী অদুনা ঙম্বা মরম্না চীংখাং অসিদগী যমুনা ওন্থরক্লে, ফনা য়াম্না ওল্লবা তুংদা খোঙৱাইফম মতা চাবা অমা ফংলুবগুম যমুনা ফুক হৌগৎলি। অকোয়বদা হৌরিবা উপাল ৱাপাল পুম্বা চপ লেপখ্রে। লেপ-পৌ ফংদ্রবা লোক্তাক খোঙনুংদগী হেন্না লুবা ৱাখলগী ঈরেল অমদা কুমথখিবগুম তুমিন্না ফমথখরে যমুনা। অনকপদা হি অমা থাঙবগী মখোল অমসুং মী খর ৱা ঙাঙনবগী খোনজেলসু তারকই। মরক অসিদা যমুনানা হোৎচিল্লুবদা ময়াম পুন্নমক খংনবা অমা ওইখ্রে, যমুনাসু খংদুনা পাখত্তুনা তুথখ্রবদা সমরেন্দ্রনা চঙলক্তুনা মহাকপু কোনখৎপীরে। যমুনানা লৌশিং তারক্লবদা অমগা অমগা শক খঙনরে অমসুং মতম খরা থম্মোই অনীগী লম্লানবা ৱাখল অমনা থৎলম্বদু খরা কোকপগুম তৌখ্রে। মতাং অসিদা থাগোই অমসুং ইবেমচাওবীনা মচাশিংবু থিরকপা থেংনদুনা, মখোয় পুন্না হনমিন্নরক্লে।

সমরেন্দ্রনা মমানা য়াদ-য়াদনা ময়াংইস্ফাল্লোমদা হেক হেক চৎলি। অদুবু নোংমদি যমুনানা হৈকক য়েল্লী থিমিন্নরুসি হায়না খাম্বদগী মমা থাগোইনসু "নখোয় অনীনা ফংবা মখৈ হেক্লককও, হি অসিনা পিকমনবা অসিদা ঐহাক য়াওররোই—থবক ইনখাং অতৈ হোৎনরুগে" হায়রম্লগা অদুমক কাখৎখ্রে। পীক্লবা লুকায় হি মচা অসিদা মখোয় অনী অমনা হীরুদা অমনা হিনাউদা ফমদুনা ঈপাকলোমদা মখা পাংনা হোন্দোরক্লে। মখোয় অনীমক হৈককশিং অদু হেক্ল-হেক্লদুনা হিনুংদা হাপচিনমীন্নরি। মতাং অসিদা সমরেন্দ্রনা হৌদোরকই ঃ "ঙসিদগী থা অনী অহুমলোমগী মাঙদা নোংমা অথেঙবা অহিং অমদা ঐখোয়না লৈরিবা য়ুমগী হৈনৌ মখোঙ অদুদা নহাক্লা চিবোন চিবোন ৱাতান্নখিবা অদু কনানো?"

যমুনা ঃ "মহাক অদু মরৈবাকপু য়াম্না লুনা নীংবা মীশক অমনি—মসিনা য়াগদ্রা?"

মানা 'তাদা চাওঙৌবনি' হায়না খঙহল্লকই। তুমিন তুমিন ঙাইহাক লৈনরুরে। অদুগা সমরেন্দ্রনা হায়রকই ঃ "উম অচুম্বনি, ঐসু মদু খঙঙি। অদুপ থেঙলবা অহীংদা নহাক্লা মহাক্কা করম্না উন্নখি, অঙানবা অয়ুক নুংথিলদা ঙাঙনবা য়াদ্রবা করম্বা ৱাফম্নো?"

যমুনা ঃ "ৱাফম অদু অমম্বা অহিংগীনি কনাসু খঙবা তাবা য়াদ্রবা।"

সমরেন্দ্র ঃ "...অথেঙবা মীচিক মীরাউখোল তাম্লবা অহীংদা লৈশাবী অমনা ময়ূমদগী লোন্না থোক্লক্তুনা চীক্লবা মফম অমদা পাখং অমগা ফল্লিন্নদুনা—ঐবু মখা তাহল্লগনু।"

যমুনা ঃ "ঐহাক লৱাই চনূনি-পুক্লীং হকচাংদি ককই থাংদে। ...নহাক লাইরিক লাইশু তন্মি হায়বদায়? নুপী হায়বীসি করিগুম্বা থবক অমত্তা পাঙথোক্লবা মপাঙ্গল লৈহক্লোইদ্রা?...ইখুন অমদদা

হৌমিন্নবনি, ইপাগসু মপাগা মরুপ্নি...হয়েং মতম অমদা খঙলক্কনি... ঐবু থাজদে হায়বা খঙলে। থাজবগী মফমদদি হূ-মকসু অমৃত ওইনৈ, থাজদবগী মফমদদি অমৃতনা হূ-ওনবা অঙকপা নত্তে। মতম অমদা ৱাফম অদো করিগীনো খঙবীরক্কনি।"

মখোয়না হৈককশিংদু খুনগংকদবগী শেম শানরকপা তানজা অদুৱাইদা মখোয়গী মনাক্তা কদাইদগীনো চাওঙৌবা য়ৌরক্লম্লে। চাওঙৌবনা হংবগা অমত্তা খুল্লমদনা সমরেন্দ্রনা মাগী শরুক খর পুরগা ময়ুমলোমদা চৎখ্রে। চাওঙৌবনা মদুগী মরম হংবদা যমুনানা হায়রকই ঃ "নোংমা তাদানা পাবহোয়গী মনাক্তা চৎলমদাইদা ঐহাক্কা উন্নদুনা ৱা ঙাঙ্নখিবা অদু মহাক খঙবমাল্লে। মদুগী মরম থিরম্লিবনি। করিনো হায়না হংই।" যমুনানা তাকখিদে হায়না খুল্লকপদা চাওঙৌবনা মখা তারকই ঃ "ৱাফম অদু তাকপা য়াদ্রি। মীগী পুকচেল হায়বসি খক থাজনিংঙাই লৈতে। মীনা শিবনা চীন্দা, শানা শিবনা খোঙ্গুন্দা। নহাক নুপীমচা ওইরবসু তাকপা য়াবা মীশক্নি হায়দুনা খঙহনবনি। ফোংবা য়াবা ৱাফম নত্তে।"

(১১)

অসুম্না যমুনা অমসুং চাওঙৌবা অনী উনবগী মরম যমুনাগা নক্নখ্রবা সমরেন্দ্র ফাওবদা হায়দোক্তনা খাক্তুনা থম্লক্লি। খঙহৌদনা মতম্না উঙমদবা ঈপাক তম্না চৎখি। লানগী ইরাং খোঙথাং থুনা ঈংথখ্রে। চাওঙৌবহোয়গী, যমুনাহোয়গী ইমুংশিং লোয়ননা সমরেন্দ্র মমা মচা য়াওনা থাঙ্গ-ঈথৎপুংদগী মোইরাং খুনজাওদা হোংথনরক্লে। লাইর অনংবগী দমক্তি লান অসিনা লোইখ্রবসু মখোয়গী অৱাবগী ঈচেল খক লোইবা লৈতে। কনানা ময়ুম-মকৈ শানিঙাই লৈতবগী,

কনানা চানিঙাই লৈতবগী। যমুনা-হোয়গীসু ময়ুম মকৈ লৈরমদ্রে, ইংখোলতমক ঙায়রম্লে। মীঙেন্দগী পূ-লঙ-দুনা মমাঙ শঙ্গোয়গী য়ুমফমদা পাকখন অমা খল্লদুনা হোংজিল্লে। ইবেমচাওবী মমা মচাসু ময়ুমলোমদা য়ৌখিনবগী শেম শাখরে। মতম কুইনা লৈমিন্নরকপগী মতম খরদং লমদনবনি। অসুন্না লৈরকপসি চয়োল অমরোম ফারক্লে। সমরেন্দ্রনা মমাগী থৌদৌ অসিবু ওহ্লোক্লা য়ানীংদে। মাগী মফমদা যমুনাবু থাজদবা পুকচেল অদু কোকপা ঙমদ্রি। ৰামৈ চাকপগুম ওমদুনা লৈরি। চৎলসি হায়না তকপনা ইবেমচাওবী লৈফম খঙদ্রে। পাকখন খল্লিবা য়ুম অসিগী ময়ায়দা য়েংদৌফক অমত্তংনা খারগা অৰাংথংবদা মমা মচাগী লমদনফম শেম্মি। মচানা তাকপদু তারগা ইবেমচাওবীনা হায়রকই "ইয়ুম হায়বদো ইমানা হেন্না য়ৌনিংলিবনি। ননে অসি মশা ঙমদদুনা লৈরিদো। ইমা ইচানা চঙফম থুংফম লৈত্রবদা মমা মচা মখোয়না থুংহনবীখিবনি। নোংমা নীনিদংসু য়েংবীরম্বা চুম্মি।"

সমরেন্দ্র ঃ "অদু ওইরগা ইমা লৈহৌরো ঐহাক চৎলম্লগে।"

মমা ঃ "নহাকপু নথনতা থাদোকপা! হায়নু সম। নোংমা নীনি অসিদং ময়েংখিসি। মীগী তৌবীমল খঙদবা হৌনদে ইবুংঙো। মমা মচা মখোয়গীদি করিসু হায়রোই ইমাদনা থাদোকপা ঙমদবনি।"

সমরেন্দ্র ঃ "অদুবু ইমা লৈহৌরো হায়রিবসিনি। ঐদি মিকুপ অমা ফাওবা পম্বনীংদ্রে।"

(১২)

মমানা তোয়না কৌরকপদগী চঙদবা য়াদ্রদুনা সমরেন্দ্র ইমুংদা চঙলক্লে অমসুং মাবু ফমহল্লে। মচাগী চান-থক্লবা পুথোক্তুনা

পীজরে। সোমদা পুন্না চাক ঈশিং চারিঙৈ অসিদা থংনবা কাদা চাওঙৌবনা যমুনা মমা মচাখোয়গা ৱারী ৱাতাই শান্নরিবদু তারি। তারগা সমরেন্দ্রনা চখোম থাদদুনা চপ চপ লেপ্লি। চারম থক্লম খঙদনা চেনজা চাবদৌনা চাক চখোম অমা অনী হুক্লগা ঈশিং খর থক্লগা অদুম থোকখ্রে। সমরেন্দ্রনা চারম থক্লম খঙদনা থোকখ্রবা মতুং অসিদা ইবেমচাওবীসু থংনবা যমুনাখোয়গী কাদা লাক্লে অমসুং থাগোইগী হকচাংগী ফিভম হংলরি। মানা চঙলকপগী মরম হংলকপদা ইবেমচাওবীনা হায়রকই ঃ

"নচা অসিনদি অঙাংনিনা য়ূমদা চৎসি হায়বসিনা খাঙবা ঙমদ্রে... অদুবু নহাক্না নশা ঙমদবা অসিদা—"

থাগোই ঃ "মদুগী থোইনা খনবীরুগনু। পোকফম শাফম হায়বদু চৎনীংবা হৌনে। ঐগী দমক অদুপ ৱানা খাঙবা হৌনদে। নুমিৎ থা অফবা অমত্তংদি য়েংবীয়ু।"

যমুনাসু মমাগা মমহানগা ৱারী-ৱাতায় শান্নবদু তূমিন্না তারম্বদগী হংলকই ঃ

"কৈদৌঙৈ চৎপা তারবগে ইমহান?"

ইবেমচাওবীনা "ওল্লকপা নিংথৌকাবা অসিদা চৎলসিরা খল্লি, তান্নগে লাকপনি" খুল্লকপদা যমুনা মখা তানা হংলকখিদ্রে, লিরি লিরি চাক্লিবা মৈদু য়েংদুনা অদুম লৈখ্রে।

ইবেমচাওবীনা মখা তারকই ঃ "নমা নচা নখোয়না তৌবীবনা মহেল্লি। অদুদি লায়রদুনা ইবুংঙোগী পাউদি মতাখিদ্রেকো?"

থাগোই ঃ "তাখিদ্রে। করি লম য়ৌখ্ররিদনো খঙদ্রে। মথনতা নত্তবনিনা মরাকখিগদ্রা খল্লি—খঙদ্রে ইচেবেম্মা।"

ইবেমচাওবী ঃ "ইনাওদংগা উনরদি ওহ্োক্না নুংঙাইগদৌবনি।"

কনা অমত্তা মখা তানরক্তে। অসুম্না ঙাইহাক ৱারী ৱাতাই

শান্নরল্লগা ইবেমচাওবীসু মাগী কা তান্না চৎখ্রে, ৱাচেংকী কাংথক অদুদা কাখত্তুনা পোথথাখ্রে। সমরেন্দ্রদি হৌজিক ফাওবা হল্লক্তি। অসোমথংবা কাদা মমাগী খুয়াদা ফমদুনা মমাগী মখোঙ মখূৎ নোইরিবা লৈমানা অসুম্না হৌদোরকই ঃ

"ইমা ইমহানখোয় চৎখ্রবদি ঐখোয়দা লৈহৌবা তারব্রা?"

"ঐখোয়দা লৈতদি কনাগা লৈগনি হায়বগে?"

"ঐখোয়গী পাববু লাক্লরোইদ্রনে?"

অদুগা যমুনানা চাকখুমদগী শিন্থারকই ঃ

"লৈমা লাকও চাক থিদোক্লবা তৌরসি। ইমাগী চাক চখোম অমত্তং পীজসি। ইমাসু হৌগৎনবা তৌরো।"

লৈমাগী ৱাহংগী পাউখুম অদুদি মমানসু, মচেন্নসু পীরকখিদ্রে। মচেন্না শিন্থারকপনা নমহৎখিদুনা অদুম তোক্লে। যমুনানা মমাগী দমক চাক ঈশিং থিদোক্লবা শেমশাখ্রে। মচেন্না অসুম্না লাঙলিঙৈদা লৈমাসু মচেমগী মনাক্তা চঙলক্তুনা নোম্বা লাকপা পাংলরি। মচেমগী নাক্তা চিকপক্লা ৱাহৈ অমা অনী হায়রুরি। মচিন মনাউ ঙাইহাক চিবোন তৌনৈ, মখা তানদে। মমাগীনি হায়দুনা মরাক ময়ুং মান্নবা লাতোন অমদা তাউথবী চেঙঙাংগী চাক চাকলুক অমা ফজনা শেম শারে, লৈমানা মমাগী নাক্তা চঙখিদুনা মখূৎ শমদুনা চাকখুমাংদা চাকলুকপান্দা ফমহল্লে। পীক্লবা থাউমৈ মৈঙান অদুনা পীকমনবনরা থাগোইনা চাকলুকপান্দা ফমদুনা চারি-থক্লিবদু মা-দুনা চাবগুম তৌই। লৈমানা মনাক্তা শমদুনা এনশাংনা সোমদা ঙানা অসোমদা, অসুম্না তাক্লি। থৌদৌ অসি উরগা যমুনানা করিগুম্বা অমত্তা খোয়জংদনা মমাবু শংত্রিক য়েংই, মমিৎ অনীমক্তা পিনা পূমথুম থুমহৎলি। মমানা চখোম মঙা তরুকমা-মারদুনা চারগা "চাক কয়া চানীংদে নৌপ্বাদু হৌদোকপীরো" হায়রল্লগা

চাকলুকপান্দগী হৌগৎখ্রে। লৈমানা অমুক শমদুনা মখূৎ-মশা শেংদোককদবগী মপাল্লোমদা পুথোকখ্রে। মমানা চাবা থকপা লোইদুনা পোথথাখ্রবা মতুং অসিদা যমুনানা মৌপ্বাবু হৌদোকপীরুরে অমসুং নুপামচা অদু চাকলুকপান অদোমদা ইচাও চাওনা চঙশিল্লক্লে। মমানা হায়রকই ঃ “ইবুংঙো অরৈ অরৈবা হায়দুনি ইচাসিদি, নচেম্না পীবা খরদু চারগা তূম্মুরো।” অমুক অনীরক হাপ্লদু শিৎ শিৎ নান্না চাথোকই। মৌপ্বানা হৌগৎখ্রবদা মচিন মনাও অনীগী অরৈবা খরা থিদোকতুনা চামিন্নরগা মহৈ মহৈ পোথথানগদবগী শেম শাখ্রে।

তাংলৌ মতাং ফনা য়াম্না থেঙলম্লগনি, অসি ফাওবদা যমুনাদি তূম্বা য়াখিদ্রে। ঙাইহাক লৈরগা থংনবা কা অসোমদা ফক্কী থোঙ হাংদোক্তুনা মী চঙলকপা তাবদা হিপলম্বদগী হৌগত্তুনা ফম্মি। ফম্লম্বদগী অমুক হিপথখ্রে, তৌইগুম্বসুং তূম্বদদি ময়াখিদ্রে। অয়ুক য়েন্দা মাঙদা অমুক হৌগৎলক্লে যমুনা। কনা থোইদোকপামা অমুক হৌদোক্লমদনা ইমুংগী ৱাইরম শিত্তোক চামথোকপা লোইখ্রে। তনৌ তনৌবা অয়ুক্কী শক্তম অসি উরগা, নিঙোল মায়থোং থম্বালদি কোরৌ লৈচীন্না কূপ্লগুম শীংঙেল লৈশক লৈচু হোংনা উরে, মিৎস্না থম্বাল অনীসু পিগী ঈরা চেনবগুম উরি। অদুনা অইকনা হংই—“কনা মশুংলাংগী অৱা শক্লোন অসিবু পুরিবা?”

(১৩)

তাইবংপান পূম্বা ঙম্না য়াকায়নরক্লে, যমুনাসু পুখ্রী মপান্দা ঙাইহাক ফম্লম্বদগী ইমুংগী থবক ইনখাং লোইশিল্লুনবা চঙলকই। যমুনানা মচিন মৌপ্বা মখোয় ময়ামগী চান-থক্লবা থোং-থাক্কদবগী চাকখুম অমুক চঙখ্রে। পুঙম থাং-ঙমদ্রবা ৱাখল পোৎলুম পুবগুম

তাংলৌচুপ্না মিশেন খাঙখি; চাকখুম লৈরঙ মনাক অসিদা চঙলক্লগা অমুকসু চিনতা তৌররি। লৈরঙনুংদা চরু চনাই অকংবা উনাশিংনা মখৈ ইনশিল্লগা মৈ হৌগৎলে, চাকথোং চফু থাঙ্গৎলে। মৈগী মৈরিনা অসুম অসুম চৎথোক্লকই; যমুনাগী মমাঙমক্তদা য়াম্না নক্লা চাক্লরি, নাক্তা নক্তা নক্লক্লগা মৈ হেক হেক য়াঙলি। অমুক অনীরক্তা নত্তে, মঙারক তরারক মশীং নাইদনা অসুম্না হেক হেক মৈ য়াঙবা উই। চেঙ সুদ্রিবা চাকথোং চফু শৌগৎলক্লে, ফমুংদা হিপ্লিবী মমানা “নহাককী চফুদুবু কুইনা শৌরেদা ইবেম্মা” অসুম্না হায়রকই। মমাগী বাদু তাবদা তফিং তফিংনা চফুদু চেপথরকই। চেপথরকপদা ইরু তারবা ঈশিং উরক্লে, হন্না অমুক য়েংথোক্লকই, মনাকৃতা চেংজামুক চোন্না অচাম্বা চেং মখৈ লৈরম্লে। ইঙক ঙক্লা চাকথোং চফুদু অমুক থাঙ্গৎখ্রে, চেঙ সুজিল্লে। অসুম্না অরেম্বদা উনা-শীংনা থাদোকখ্রবদা লৈরক্ত্রদুনা মনাওবু শম্বল-শায়াদগী খরগা থীরক্লবা পাউখোল শীরকই। মানা অকংবা খর খোম্লগা মচেমগী মনাক্তা অমুক লাউরকই ঃ “ইচে ইচে মৈ চাক্লে নফিদা!” যমুনানা ইল্লিবা গমশা ইনফি মতেক অদুগী ফিজিন্দা মৈনা ইঙাঙ ঙাঙনা চাক্লম্লে, ফনেক ফিজিন মতোন ফাওবা মৈ বায়রম্লে। মনাক্তনা লাউখিবদু তাবদা যমুনা ইফিং ফিংনা চেম্থোরকই, মৈনা খাদা ওষ্থদুনা খক চাক্তে হৌগৎলুবামক্তদা ওইথংবা ফিজিন অদুদগী মৈরিনা মপাম্বোম য়ৌনা মৈচাক ফনা চাকখৎলকই। লৈমানা অহানবদা লাউখিবা অদুনা কনমনখিবনা ফম্মুংদা হিপলম্বী মমানা ফম্মুংদগী চোংথরক্তুনা লময়ায়দা তুশিল্লে। থংনবা কাদা চাক থোংলম্বী ইবেমচাওবী চেনশিল্লক্লে। যমুনানা লময়াইদা মশা পুম্বা মৈনা য়োমগদৌগুম লেপ্লম্বা অদু উবদা মফম মরাং খঙদনা ইবেমচাওবীনা সুপকোন কোনশিল্লি। মহাক্লা খংকোন হেক কোনশিল্লুবদা মতা চারুদুনা

মৈদি মুৎখ্রে, মখোয় অনীমক মৈশাদি ফংলে, যমুনাগীনা ওইগী মখোঙ খুবোম অদুবাইগা, ওইগী মপাম্বোম খুন্নীং ময়াদগী পাম্বোম মরু ফাওবা, ইবেমচাওবীগীনা মখূৎ য়েৎ থংবগী খুজেংদগী খুন্নীং ফাওবগা, মথবাক্কা। মৈ মুৎখিবগী হেক হুম্বরকপদা ফম্মাংদা উতিংবগুম তারিবী থাগোইবু উরকই মখোয়চেনশিল্লক্কুনা মশা মশাগী চৈনাখোল নীংশিংলমদনা থাগোইবু কোনখৎলৈ। লৈমানা লময়ায়দা 'ইমা' 'ইমা' হায়না কৌররি। ইংখোল মতোন্দা থবক সুরম্বা শেঙ্গোয়সু অসোমদা চেনশিল্লক্লে। ৰাচেৎকী কাংথক অদুদা থাগোইবু থাঙ্গৎলগা ইবেমচাওবীনা ঈশিং খরা লৌরুদুনা মনাওগী কোক্তা হাপ্লে; অঙাংশিং অদুনা কপ লাউনা চোংলি। উচিন নাচিন্না হুম্বরক্লে, নাহেরকপা তারে, লৌশিং হেক তারকপদা কৌরকই. "নুপী মচা যমুনা।"

যমুনা ঃ "ইমা কৈসু তৌদে।"

থাগোই ঃ "ঙসিদি ইমাগী মিৎ অসে পুমম মমখ্রে—নচিন নৌপ্পা নখোয়বু অমুক্তং শেংনা উরকখিগদ্রা খঙদ্রে।"

মচাগী মায়থোংদা য়েংনা য়েংনা মমিৎ অনীমক তোয়না তোয়না কূপই। মচাগী মশা মউদা মৈনা পোকখিবগী অশোক অপন অমত্তসু উরুদ্রে। শেঙ্গোয়না কনা থোইদোকপা তাক্লমদনা তুমিন্না চাওঙৌববু কৌরুগে চৎখ্রে। সমরেন্দ্রদি মফম কৈদা চৎখিবনো খঙদে, মশক উখিদ্রে।

অয়ুককী তু উরকপদা থাগোইনা মচানুপী যমুনাবু হৌদোক্লকই ঃ "ইবেম্মা, নৌপ্পা হৌদোকউ নঙ্গী তাদা চাওঙৌববু কৌহল্লু... নমহানহোয় চৎনী হায়বদু ঙসিনি। ঙাইহাক থিল্লুনবা নংগী তাদ-দা শিন্নগে।"

যমুনা হৌগৎলে, মৌপ্পাবু হৌদোক্ল। মমানা হায়বা মতুং ইন্না

চাওঙৌববু কৌরুচো থাখ্রে। যমুনানা পূখ্রীরোমদা লাকপগা সমরেন্দ্রনা থোক্লকপগা মতা চান্নরুই। পূখ্রী মপান্দা মখোয় উন্নরুবদা সমরেন্দ্রনা অসুন্না হংলকই ঃ

"ঐদি ঙরাং নুমিৎচুপ্পা ইম্ফালদা চক্কুনা ইংখোল শম্বল শেমজিল্লুবদা খঙহৌদ্রে, মৈনা পোকই হায়ববু কয়া শাথীনা শোকপগে?"

"খজিক্তনি—ইমহান্নী য়াম্না শোকপদি!"

"নুমিদাং থেঙমনখ্রদুনা হংহৌদ্রে।"

"য়ুমবু লৈরম্মিব্রা, তেকখিদ্রিব্রা?"

"তেকখিরম্লে, মপোৎ মচৈসু অমতা লৈরমদ্রে। হেক য়ৌবগা কাবক কাবক অমত্তং খন্ননবা হোৎনরুই।"

"ঐখোয়সিদা অমুক্তা লাক্লরোইদ্রা?"

'ঈশ্বরনা তম্বা হায়বদুনি-খুদোং চাদবদা তাক্লসি। ঐখোয়না পংওৎ ওৎলম্লে।"

"করিগী? ঐখোয়নসু ওৎলবা য়াই মীবু তম্বা ঙমব্রা?"

"মাম্মগী পাউদি ইতামক তাখিদ্রবরা?"

"তাখিদ্রে—"

যমুনানা অমুক্তং য়েংখৎলকই—করিগুম্বা অমত্তং হায়নীংবগুম খোঙবী লৈমায় তক্লি; অদুবু হায়রকখিদ্রে। চৈরক অসিদা কোম্হোংপাল্লোমদা চাওঙৌবগা শেঙ্গোয়গা অনীসু চঙশিল্লকপা উরে। মখোয়বু উরকপদা সমরেন্দ্র ইমুংলোমদা পরপ পরপ চঙশিনখ্রে। চাওঙৌবনা যমুনাবু হেক উরকপদা হংলকই ঃ "ইবেম্মা ইবুংবু কৌবা করিগীনো?!!

"ইমহান খোয়বু থিল্লুনবা ওইরমাল্লে।"

চাওঙৌবা ইমুংলোমদা অদুম চঙশিনখ্রে। যমুনাসু তনহন

হনজিল্লক্তুনা মমাগী মশা মউ শেংদোক্লবা শেম শারে। লাঙনরিঙৈ মরক অসিদা ইবেমচাওবী মমা মচাগীসু শেম শাবা লোইখ্রে।

(১৪)

চহী কুজমা অনী-অহুম চূপ্না লৈমিন চামিন্নরক্লবা ইমুং অনীনি। অমনা সহরগী ময়ায় থোকপা মফমদগীনি, তাইবংপান পূম্বদা চঙজফম লৈত্রবা মতমদা ইমুং অসিদা চঙজখি। লাইরবগী ইমুং ওইরবসু মতম অমদা য়েৎ-ওইসুনা-চেঙ খুয়া অমত্তং লৈরবসু পেরুকমক্তা থোংলবসু চনীং তানা চাজরম্বা শাজৌবগী ইমুংনি। চান্নবনা চান্নবগী মফমদগী খোঙশানখিবা তারবদা মিৎলু চাংজৌ অনীদা কায়নবগী পিরাং কনানা শিন্থরোইদবগে?

ইবেমচাওবী মমা মচানা লাকপা ঙসিগা থানা চহী মরি খর কল্লক্লে। চহী ১৬ কী ফীভমদা ওইরম্বা সমরেন্দ্র চহী কুন হেনখ্রে। ইনখৎলকপগী ফজবা পূম্বা তিল্লে, পানগীতা নওনা থম্মোইদসু মথুম মরাঙ হৌবা মতম্নি। অদুনা অইবনা থারি ঃ "লাপ্লবা মৈতৈ খুঙ্গং অসিদা শাজৌবগী মশায়গোন্দা চহী কয়া লৈহৌফম শেমদুনা মপান মউ লীংখ্রবনি...অনকপদা হৌমিন্নবী শামান লেংমান্নবীশিংগী লৈরাং লৈনম করিগী ফংলম্লোই, তারম্মোই? ফংখ্রবমক্নি। অদুবু ঙসি পূন্নমক অদু কাউখ্রবরা? হাক্লসু কাউমল্লি। ঙাইহাক্তা য়ৌনা পন্থনীংদ্রগুম সমরেন্দ্র তহা তহা তফিং তফিং শেম শাখ্রে।"

থংনবা কা অসোমদা ইবেমচাওবীনা যমুনাগা অনীমক হীক হীক কপমিন্নরি। ইবেমচাওবী না হায়রকই ঃ

"ইবেম্মা ৱারৌবা য়াদেকো, ইচেমহোয়না অয়ুক নুংথিল নুমিদাংগী চহী কুমজা অহুম মরিবু নখোয়গী মফমদা য়েৎলম্লে। ইচেম্না লাইরবী ওইবনা করিগুম্বা অমত্তবু তম্বা ঙম্নদ্রে।" কনা

অমত্তা সে-মাই হায়নবা ঙম্নখিদ্রে, কৌরৌ নোংখোংবগুম ঙম্না মায়থোং লৈদা লুক্লা হীক হীক কপ্পরকই। অদুদগী ইবেমচাওবী না মচাবু কৌরকই ঃ

"সমরেন্দ্র ননেবু খুরম্মোলাও।"

সমরেন্দ্রসু কা অসোমদা চঙশিল্লক্লে, মমিৎ অনীমক পিনা পূমথুম থূমহৎলম্লে মহাক্কীসু। মনেবু খুরুমজরে। অদুগা থাগোইনা হায়রকই ঃ

"মঙ্গল ওইয়ু ইনেগী ইবুংঙা, ইনেহোয়না লানখিবা লৈরবসু ৱারৌগনুকো।"

লাইরিক ইবনা থারিবা মতাং অসি তুংগী থৌদোকক৷ য়াম্না মরী লৈনৈ।

মমানা তাক্কুনা যমুনা, লৈমা অমসুং শেঙ্গোয় মখোয় পূন্নমক মমহানগী মফমদা খুরুমহল্লে। অসুম্না চৎনবগী থৌরাং লোইরক্লবদা চাওঙৌবগী মফমদা যমুনা মমানা শিন্নরকই। চাওঙৌবনসু "থিল্লুগে ইনে" হায়না খুম্লকই।

মহৈ মহৈ থৌরাং লোইনখ্রে—মখোয়না লাকপদা পুরকপগুম্না চৎখিবা অসিদসু শুপ্পগী পোৎয়োম কোকথোং অনীদং শেমজিন শাজিল্লে। কপ্পমখৈ কপমিন্নরগা ইবেমচাওবী মমা মচা অনীমক ইমুং অদুদগী থোক্লক্লে। যমুনা মমা মচা মখোয় পূন্নমকসু মরী মরী থিন্দোরক্লি। অসুম্না থোকলক্কুনা "চৎলগে" হায়না তাক্লম্লে। চাওঙৌবগা, শেঙ্গোয়গনা মাঙ থারদুনা মমা মচা অনীমক অৱাং পাংনা চখৎমিন্নখ্রে। মমাগী মখূৎ শম্না লাকপী যমুনানা মমাগী নাক্তগী চৎথোক্লক্কুনা চৎখ্রিবশিং অদুবু শংত্রিক য়েংনা লেপ্লুই। মমিৎ অনীমক্তগী শিম্থরকপা পিগী ঈচেন্না মায়থোং পূম্বা থূমহৎলি। মশা পূম্বা তনিক তনিকই। অসুম তামখিবনা চৎখিবশিং অদু

অমুক উখিদ্রে। তাইবং মালঙ পুম্বা পুমহাঙ হাঙখ্রে, তামখ্রবা লমহাংতমক মঙায়হৌর। মমা মচা পুন্নমক তরক তরক অসুম লেপহৌরি।

(১৫)

সমরেন্দ্র মমা মচানা হোংগৎখিবা কুম ওনখ্রে। সোমদা মোইরাংগী লমদা যমুনা মমাগী অনাবা হন্দোক্লে হায়ববু অনা লায়থৈ ওইনা মমিৎ অনীমক উখিদ্রে, কনাগুম্বা অমনা শমদ্রবদি চৎথোক খোথোকপনচিংবা ঙমখিদ্রে। অদুনা হৌজিক ফাওবা শাজৌবগী মব্বা মপাউ তাবা মরৈখিদ্রে। মতম মাগী খোঙচত্তা মহৌশা কৌবীনা মপুং ফারকপগুম শীঙেল লৈখোক অমদা পুন্না শাৎমিন্নবী যমুনা, লৈমাতোন মথোৎকারকপগী হৌনবী পুম্বনা থৌগল্লে। ওহ্নোকই, পন্থৌ লৈরি, লৈত্রগুম্বী, পলেম মমাতনা নাওকোল্লি হায়দুনসু প্রকৃতিগী ঈথিনবু মচিন মনাও অনীগী শরুক তম্মোই চৎখিদে। মতাং অসিবু অইবনা থারি ঃ

"যমুনা মাগী মফমদা অব্বাবা 'মা ওইহল্লে—নোংমা কাংদনা যমুনাবু, কনানা লৈমাবু, মচা মমৌ ওইগে হায়না হায়জ-চৎচরবনা খুরক হাঙখিদরে। মচা নিঙোল হায়বসি লোকমায়দা হাপতুনা য়োনবনি—লাইবক ফবা মখোয়গীনা অপাম্বতা মফংবা। লুখ্রা ওইদ্রি ওইরগুম্মী, হন্না য়েংবদা কনা উদ্রবা, লাইরা অনংগী অব্বাবসু অসি মঙায়রবী যমুনা মমাগী য়ুম্বান্নি, মশাদৌরা হায়নীঙায় লৈতবা লাইথুং পাল্লে, লানজেল্লুবদগী হোংজিল্লকপদা মমাঙ শঙ্গোয় অমত্তং পৈহৌ ঙামহৌ শাদুনা নোংমা নিনি য়ুমথুংফম ওইগে লাঙজবা অদু য়ৌনা শেমজিন শাজিনবা ঙমদ্রি। মতিক মপা চাদ্রবা কয়ানা মচাবু মমৌ ওইগে হায়জরবা মরাইবক ফবনি লৌদনা করিগী

কিরুরি অসিনি তাইবং লোনচং হায়বসে। য়ুমলোন কৈরোন্নবা, নিঙোল হৌনবী মশেন্না কয়া অমসু হুনজিল্লি—মমাদি মমিং তাঙলবীনী, মপানা মীশি মীনা খঙখিদ্রবনি, অদুবু তোকপা লৈতে, অসুম অসুম হায়জচৎচররি।" লৈমাগীদি কুমশি নোংমৈ খাঙঙবসু ময়ারি। অদুবু চারবসু চাদ্রবসু মচানুপী যমুনাবু মফম অমত্তং খঙনা থাজ য়োনজগে হায়বসি মমাগী অমত্তা ঙায়বা ৱাখল্লি। হায়র-চৎলবা অসিদা মতা চাবা য়াওরকপা লেম্না থাদোক্লীংদরে, অদুবু যমুনানদি শিরগে মখৈ য়াখিদ্রে। হায়দা মহায়জল্লুরে "ঐদি য়ুম পাল্লরোই, নহাক্কী সেবা কনানা তৌবীগনি?" অসুন্না কহ্নোকই। হায়রুবা অপুম্বা নুংদা ঈশিং চাইবগা মান্নখরে। মাগী মিৎয়েং ৱাখল, খ্বাইগা ইমান মান্নখিদরে, মমাগী মতেং পাংবা হোৎনঙেদগী মৌগীশিংদা চল্লবগুম নুরা শংমলাং ককখিদবনা ঙসিদি মাবু খঙদবা কনানসু নিংঙোন্নি হায়ফাওবা হায়খিদ্রবনি। কুম্মৈ ফিয়োং অমা চৎলুদে, য়েংঙুদে। অসুন্নদি ওইরগা শীঙেল মনাও ওইবী লৈমগী-দমক্তি য়াম্না চেকশিল্লি।"

যমুনাগা অদুক ৱাহৈ অমা অনীদং ঙাঙনবা ঙম্বা মী হায়ববু চাওঙৌবতা মঙায়। মহাকপু লাক্লবদি যমুনানা হরাও হরাও তৌজে, তৌবসু চাওঙৌবা অসিসু ময়ুম পান্দ্রি। মঙানি তরানি কাংদে, নোংমা নত্রবসু নোংমদি হেক্তা মরাকই। লাক্লগা ৱারী ৱাতাই শানৈ। মমানা চাওঙৌববু মচানুপীগী মপূক্লীংনা তাব্রা অসুন্না চিংনৈ। অমরোমদা "যমুনাদি মখোয়দা লাজ্জেলম্বা সমরেন্দ্রগা ৱাশক্লখিবা লৈ" হায়বা অসিমসু থোকচিনবী। য়ুল্লোন কৈরোন্নবা মচেম মনেমশিংগী মফমদা ৱা-লান অমা তানগদবসু চংথোকপা ঙমদে। তাইবংপান অসি মাগী মফমদদি লৈত্রবগুমলে। তঙাইফদ্রদুনা নোংমদি মমা মচাতা ঙায়বা তানজা

অমদা মচাগী মফমদা হৌদোকই ঃ

“ইমা শেংনা হেক্তা মহায়রগে। নহাকপু মচা মমৌ ওইগে হায়না ঐখোয়বু চানবীবা কয়া অমা লাকই। নহাক্না করিসু থৌৱা শাদে। নিঙোল হায়বা অসিদি মপা মমাগীদা শিদুং নাদুং লৈবা হৌনদে। ইমানগা ইপাঙ্গল শোল্লে কনা থোইদোকপা তান-নিঙাই লৈজদ্রে—ইমানা হায়বদি নঙ্গী তাদা চাওঙৌগা করিগুম্বা নহাক্না—”

যমুনা ঃ “করি ৱানোনে ইমা? ইবুং ইপ্মাদৌগুম লোয়নজবা, লৈত-লাইরা কয়া হায়না-চৎনরিবা, ইপাগা মপাগসু মচিন মনাওদৌগুম চেৎ পকপমখৈ তিন্নবা মীশক অসিগা কদাইদগী লাম্মুরিবা ৱাফম্নো? চিনলৈ শোককদবা ৱানি। ঐদি ইবুংমক্কি হায়না খনজরিবনি-অসিগুম্বা ৱা অসি তাখিবা থোক্লবদি ঐখোয়বু অয়ুক্কী নুংথিলগী লাঙ্গোনবীরিবা অসি তোকখ্রগনি। অদুন্না খনগনু ইমা। ঐগী য়ুম পানবগী ৱাফম অসি খল্লুরগনু। নুপী মচা লৈমাগী মফম অমত্তং খঙখিনবা কন্না হোৎনসি—ঐগীদি ইমাবু থাদোক্তুনা নুপামচা শেঙ্গোয়বু থাদোক্তুনা অমুক চৎলরোইদবনি।”

অসি হায়রগা মমাগী নাক্তগী অদুম হৌগৎখ্রে। মমাসু ৱা মখা অমুক তাঙমদ্রদুনা তুমিন্না তোক্লে। মহাক্না হায়গুম্লদনা মাগী দমক হায়র-খোৎলবা অসুম অসুম থৈদোক্লখ্রে, নুপী মচা লৈমগীনা অসুম অসুম হেনগৎলক্লে। যমুনানা অহল শানা মাগী-দমক হায়র-চৎলরিবশিংগা ৱাতা হৈদান্নবা য়াওরি। হায়রিবশিং অসিগী মনুংদা ইম্ফাল হাওবম মরক্তগীনি হায়বা অমদি নীনি মরক, শুম্নি মরক, ইতৎ তত্তনা হেক হেক লাকই। যমুনানা কোয়না চৎনা হংজ থিজবদা ইমুং অসি মখোয়গী অসিৱাইদা লান চেল্লম্বা ইমুং অমনি, নুপা মচা অসি খরদি তোনাল্লি, মমা মপানা

মথনতা পোকচৈ, চাবা থকপা ৱাত্তে, সরকারগী থবক অমা তৌজরি, তলবকীদি লায়রদুনা শেনজা থুমজা অসিনা তলবনা কৈদৌনি-অসুন্না পাউ ফংলে। মখা তানা অমুক মী নেক্তুনা নুপামচাদুগী ইমুংগী য়ুম্বান কৈবান, শিং হেক শিংপমখৈ খণ্ডদোকউরে। তন্নরে, "পীবা য়াই—মচেম অমত্তংদি হল্লক্তুনা লৈ, থোইনা চিহায় কন্না উদে, লম্বোইবীদৌগুম ইমুংদগী হেন্দোক্তে, অহল লম্মন ঙম্না ইফ হেক মফৈ।" অদুমকপু অঙাং মশেনসু অমুক্তং শকখণ্ড মায়খণ্ডনহনবনা মফৈ খন্নদুনা নুপামচা অদুবু অমুক্তং লাকহন্নবা তৌবীয় হায়না পাউ থাখ্রে।

লোয়নরকপশিংদা হংনদুনা নুপামচা অদুগী মশক খণ্ডলে। য়েংবদা খর খেংতক তাই, নুপা ওইবগী মগুন খর ৱাৎনা উইদি হায়ববু নহা-নুবীনা য়াম্না পামজবা শক্তা থোকই। নুপামচা অসিগী হায়ববু মিৎয়েং খজিক তথক উই; অঙাং ওইরিদুনা তৌরম্বসু য়াই। পন্ন-ৱায়নচিংবা য়েংনরুরে-লোইনমক ইপক পন্নরে। হৌজিক হৌজিককী চানীঙাই মকসু লৈজদবা লুখ্রাগী য়ুম্বাল মতা অসিদা কদায়দগী কমদৌনা লুহোংগদৌবা খনবদা খনফম থোক্তরে অসিগীসু মথক্তা য়ুম্বুরেন অমসু লৈতে-শিখ্রেসু খণ্ডদ্রে। শেল থুমগীদি মমা মচা তান্নবদা লৌ শঙম অনীদং লৈরিবা অসি কায়থোক্লগা, অদুনা ওকপমখৈনা শীন-লাঙলসি, অরৈবা মতমদা মতিক চানা পীসি, পীবগী লোইবা নত্তে, অসুন্না খন্নরে। মোইরাং খুল্লক অসিদা মখোয়গী হায়বা কনা তান্ননীংঙায় লৈজদে, চাওঙৌবগা মঙায়। মহাককা তান্নবদা অফবা মতাং অসে নাম্থোকহনবা চুমদে, অহল অদু লাক্লবসু লাক্ত্রবসু পাঙথোকখিনবা তৌসি লেপ্পরে। মতাং য়াম্না চাখিদবনা চাওঙৌবনা অরৈবা পুথোক্তুনা পাম্বোম তিংবা ঙমখিদ্রে, মাগী

হায়ববু মপাঙ্গলনা নোম্বা খোৎপা অসিমঙায়রে।

যমুনা মমা-মচাগী হায়ববু লৌ শঙম অনী খক্তং লৈজে, মদু থাবা তারে। মমলনা লুপা চামরিতদা! অদুবু মমলনচিংবা ঙম্না লোইনরবা অসিফাওবদা লৌপু থিনরকপদা শাজৌবা য়াওদ্রবদি লৌবা ঙম্মরোই হায়না লৌগদৌবা মী অদুনা য়াদ্রে। যমুনা মমা মচানা ফনা ৱাশক ৱাতেমদুনা হায়জে, অদুবু কনামত্তনা য়াবীখিদ্রে। চাওঙৌবনা মমা মচানা ৱাবা অসি য়েংবা ঙমদ্রদুনা মাগী অরৈবা লৌ শঙম অনী কায়থোক্লগা অচিনবা অসি পাঙথোকখ্রগা কোন্না থোকপা অমা তৌনরগে খন্দুনা মাগী লৌ য়োম্থোক্লবা কোইথি থিদুনা উচিন নাচিন্না লুপা চামরিদা য়োম্থোক্লে। মমানা কোয়চৎ চৎপা ঙমখিদবনা যমুনাগা মচেম শকপী চন্দ্রসখীগা মখোয় অনীনা কৈথেন ইথেন কাদুনা মনাওগী লুহোংবগী মপোৎ মচৈ লাঙখৎচরে। ফাইরেন থাগী তরানি পানবদা লুহোংলগনি, মঙানি পানবদনা মমিংতা ওইনা হৈজিংপোৎ পুগনি অসুন্না লেপ্নখ্রে। খুল্লোন লৈরোন্নবা মরুপ মপাং খরনা পাংবীদুনা অৱাং শঙ্গোই অমগা শাজিল্লে। অদুবু মনাওগী অওং অউন্দি অমত্তসু লাঙদ্রি। কোল্লিক, ফিরোন্নচিংবা তীক্কদবা অসি ইম্ফাল কাদ্রবদি ইয়ামক য়াদ্রে। নুমিৎনা অসুম অসুম হৌজিনখিবা অসিদা যমুনানা লৈকায়গী মচে চন্দ্রসখীদা ৱাফম অসি হৌদোকচৈ অমসুং মচেম অসিনা হায়জরকই ঃ “ইচেদি হৈবু হৈতেদা—এঃ ৱা অমা নীংশিংলক্লে ইনাওহোয়গীদা লৈরম্বা ইনেদু করি লমগীনি হায়বগে—মহাক্কা তীকমিন্নরবদি নুঙাইগনিদা।”

মথংগী নুমিৎ অদুদা অহানবা গাড়ী নংনবা যমুনানা অরৈবা শেলথুম পুরদুনা মৌপ্মা নুপা শেঙ্গোয়গা চন্দ্রসখীগা হৌনদুনা অফংবা গাড়ী অমদা ইম্ফাল কাখ্রে। খ্বাইরম্বন কৈথেল লাম্থোক্লগা নাগমপাল অসোমদা হায়থরক্তুনা ইৱেমচওবীগী ময়ুম য়ৌখ্রে।

মখোয়না চঙখিবদা সমরেন্দ্র মশা ঙমদদুনা লৈরমই, অদুগা যমুনানা মাবু উন্নগনি খনবদা মায়থোং লাংশিনখিবগুম তৌই। চন্দ্রসখীগী মফমদগী যমুনা ময়ুম পান্দ্রি হায়বা ইবেমচাওবীনা তারে। কৈথেল কাবা লোইরদুনা ময়ুম প্াংনা অমুক হননবা থোরকপদা পীয়ারিথোং মপা অসিবাই য়ৌরকপদা সমরেন্দ্র ঙাইদুনা লৈরম্বা থেংনরে অমসুং মসিনা মতম কয়াগী তুংদা সমরেন্দ্রগা যমুনাগা ৱারী শাবা ফংবগী তানজানি। সমরেন্দ্রনা হৌদোক্লকই ঃ

"ঐহাক অমুক অনীরক লাক্লস্মি, চঙলকেক তৌবদা ইকাইদুনা চঙলক্তবনি। লুহোংবা নুমিত্তা ঙনতা হেক্তা লাক্লগে। নহান নোংমদি তাদা চাওঙৌবগসু থেংনৈ-পাজিহোয়গী পাউবু ইতা তাখিদ্রবরা?"

"তাখিদ্রে" হায়বা যমুনাগী পাউখুম তারবা তুংদা সমরেন্দ্রনা চাওঙৌবগী মফমদা লান্না থল্লুবগী মরমদা অমুকা নুংঙাইতবা ফোঙদোক্লকই। চৎনা চৎনা যমুনা খুদি থিজিল্লি অমসুং সমরেন্দ্রনা য়াম্না ৱানা শোক্লব্রা হংলকই, অদুগা মখা তারকই? "ঙসিদি থেঙখ্রে, গাড়ী মতম নাম্থোকখ্রগনি। ঐহাক নোংমা লাক্কে চঙদি চঙহনগনিকো?"

যমুনাগী নুংশিনফম ওইরবী মিৎনা হায়ফেৎ নোক্লগা য়েংথোক্লকই। মাগী পুন্সিদা "অসুন্না নোকপা মীনোক অসি পংয়াম য়াম্লমগনি হায়বা থাজদে" লাইরিক ইবনা থারি।

## (১৬)

লৈমাগী লুহোংগনি হায়বা অসিগী মথক্তা থাগোইগী নুংঙাইজবা অমনা চন্দ্রসখীগী মচিন্দগী লৈমাগী পোৎ তীকপা চৎঙেগী ৱারী অসিনি। যমুনানা নহানমখৈ হংই তাদগুম, ঙাঙই খুমদগুম তৌরম্বদু

ৱাফম অসিনা ওইবা তারে হরাউজে। অদুমকপু মচাগী মফমদা ৱাফম অসি কাঙথোকপা ইঙম ঙমজদে, চন্দ্রসখীগী মফমদা ৱাহংই। অসুম্না নোংমা নোংমাগী মতম হৌখিদুনা লৈমাগী লুহোংবা নুমিৎ মঙানিতা ঙায়শিল্লক্লে। মানদপ খঙ্গৎনবা যাত্রা হুনখ্রে, পুন্নমক শেম শাখ্রে। অদুবু নোংমা নুমিদাংৱাই যমুনাহোয়দা লাক্লুনা লুহোংগদৌরিবা নুপামচা অদুগী মপানা ইকায়-নুংশি য়ান্ননা য়াম্না ৱানা হায়রে ঃ "অমুক হিংলরোইদৌবা, শিদুনা লোইরবা, কুদা চঙদ্রি হায়বতা মখাক্লব। ঐগী ইচানুপা মহাপাপী অদো কদায়দগীনো শা অমা পুদুনা চৎখ্রে, হায়ররেনে ইবেম্মা।" মখা অমুক তারকই ঃ "...মণিপুর ৱাংমা লানখ্রে হায়বা তারে। ফংদবু ফংলবদি হে সত্য...।"

যমুনা তারিগদ্রা তারিরোইদ্রা পউখুম অমত্তা পীরকখিদ্রে। অহল অদুসু মখা তারকখিদ্রে—মিকুপ মরুমদা মফম অদু উনৱাইমুক চীকখ্রে।

যমুনা ঃ "কায়বা তারবা ইস।...ৱা অসে কনাগুম্বা অমদা চীন থোকপীরনু লেঙবীরো।"

অহল অদু চৎলু ময়াখিদ্রে, অদুবু লাকমিন্নবশিংনা পুথোকখ্রে। যমুনাসু উয়ুংবগুম মালেম লৈমায়থক অসিদগী হৌগৎপা ইঙম মঙমখিদ্রে। মনাওগী দমক খনবদা যমুনা অসে খৌগংলে। মতাং অসি অইবনা থারি ঃ "নীংথম উনগী অইংবনা য়ৌঙমদ্রবা, লাংবন থাগী য়াক্লবা মৈশানসু ফংঙমদ্রবা ইকাইবা কৌবগী মৈচাক অদু করম্না খাঙগনি?"

তানজা অদুদা চাওঙৌবা লাক্লুনা, যমুনা মবানি চন্দ্রসখীগী তান্না চৎখ্রে। মাহাক্কা তান্নবদসু করিগুম্বা অমত্তা মেন তাবা ঙমদ্রে। খুয়ৌনরবা মতম অসিদা কনাবু মনাওগী নুপা ওইনবা থিরুনি?

মপাসু উবা ফংদ্রবা মমানা শোন্দুনা লৈরবদা, যমুনানা পূন্নমক্কী মহুৎ শিন্দুনা অৱাবা চৈথেং অসি খাঙবা তারি। অহানবা ওইনা সমরেন্দ্রগী ৱাফম অসি ঙাইহাক অসিদা যমুনাগী মপুক্তা মমি তাখি। ৱাখলনা লায়না ওইদুনা যমুনা ফম্মুংদগী হেনখিদরে। চারক থক্লক্তবনা মহাক চহী কুমলাং-চুপ্না অনা শঙ্গুমখিবগুম হৌগৎপা ঙমখিদ্রে। ঙসি অমা হৌখিদুনা হয়েং ওইরক্লবদি, লৈমাগী লুহোংবা নুমিৎ ওইরগনি। চাওঙৌবা লাক্কুনা মানা হোৎনজবা পূম্বা তৌন্লে অমসুং লুহোংবসি য়েথোক্লবা ৱা হৌদোরকই। যমুনানা মদু তাদ্রদুনা চাওঙৌবদা সমরেন্দ্রবু কৌবীরুনবা হায়জরকই।

কৌরুবগা সমরেন্দ্র ইম্ফালদগী যমুনাগী মফম মোইরাং য়ৌরক্লে অমসুং মানা শাইদাংলমফম ইমুং অদুদা চঙলক্লে। যমুনাদি হৌগৎ কাংখৎ ঙমদবমখৈ, ফমুংদা য়াতাদুনা লৈরি। সমরেন্দ্রনা মাগী অনাবা লাইওংগী মরমদা হংই, অদুবু যমুনানা মদু খুন্নবা থোইনা থৌরাং তৌরুদ্রে। নিঙোলগী চৎলুরবা থৱায়না অমুক হল্লক্লবগুম শোর শাংনা হোক্সরকই, মখা তানা ৱা ঙাঙলকখিদ্রে। অদুবু সমরেন্দ্রনা হৌগৎকে তৌবদা মমিৎ অনীমক পাঙথোক্লক্কুনা তপ্না হায়রকই ঃ

"ঐগী লৈমাবু..."

"হায়য়ু—যমুনা নংগী লৈমাবু?"

"নংগী নাক্তা! ন-নাক্তা-থম্বীয়ু-বর ওইবীয়ু।"

মতাং অসিদা খোনফম কায়রবা খোনজেন্না সমরেন্দ্রনা খংলাউ লাউরকউ ঃ

"অসিবু হৌনবরনে যমুনা?"

সমরেন্দ্রগী খোল্লাউ অদুদা ইমুংদা মপান্দা লৈরম্বা পূন্নমক

যমুনাগী মনাক্তা তিল্লরে। মমাসু য়াওরকপা উবদা লৈমাগী বর ফংলে হায়না হরাউনা তমজরকই। মমাসু হৌজিকপু লাকপ্রনে হায়না হংলকপদা যমুনানা খুম্লকই ঃ "লাক্লে-ঐ-খোয়দা লৈরম্বা ইমহানগী মচা!"

থাগোই লৌফম খঙদ্রমাল্লে, মথনতা পাউহংজবগুম হায়রকই ঃ "তাইওন্নরবা তাইবংপান-ঐগী লৈমগী বর—সমরেন্দ্র। নহানমখৈ করিগী তাক্তে?" অসুম্না ঙকপোই নুংঙাইবোই লৈরিঙৈদা চাওঙৌবা ইমুংদা হোৎচিল্লকই অমসুং শাজৌবনা পীরকপা চিঠিনি হায়না উৎলি, অদুগা ফাক্তুনা পারকই ঃ

"চাওঙৌবা! চৎনীংদে থানীংদে য়াখিদ্রে-থাদোক্তুনা চৎপদা মতারে। ঐখোয় চৎলে। কদায়দনো হায়বদি খঙদ্রে। ঈশ্বরনা তম্বনি। য়েক্লবগী খূত্তা তাগদৌ শরুক ইমা লৈপাক থাদোকপনা ফরে। মতম ফংদবনা কূপ্না ইরম্বা ঙমদ্রে। নহাক্লা ঙম্নমক য়েংলম্মু। অদুগা যমুনাবু—ঐহাক শোয়দনা লাকখিগনি।" চাওঙৌবদা অমুক লৈমাগী বর সমরেন্দ্র ওইরগনি হায়না তম্লে। মানা ঙক্লদুনা হায়রকই ঃ

"বর? লৈমাগী? যমুনা।"

যমুনাদি নোকমি নোকমি তৌনা অদুমক লৈরি। পাউখুম হায়ববু অদুনা ওইবা তাই।

ঙাইফদবা মতম্না ইনুং তাংলৌ লান্না চৎখ্রি। নোংঙাল্লক-পদগী লুহোংনবগী শেম শাবা হৌখ্রে, থৌরাং পূন্নমক লোইখ্রে। মরুপ মপাঙ ঙম্না তিল্লরে, ঈশৈ নোংমাইনচিংবা হৌগৎখ্রে। যমুনা মাগী হিপফম অদু থোঙজিন ময়া তান্না পুথোকহন্দুনা মনাওগী লুহোং কুমৈ য়েংলি। লুহোংবা লোইরক্লবদা বর-কন্যা অনীমকপু খুৎশম্নমা চাওঙৌবনা যমুনাগী মনাক তান্না পুরক্লে। মতম অদুদা

যমুনাদি মায়থোং পূম্বা মোল্লাংদা উপশিন্দুনা লৈরি। চাওঙৌবনা মনাক্তা ফমথরক্তুনা "ইবেম্মা ননাও লাক্লে" হায়না তাকপীরি। মবুংনা হায়রিবদু তাদ্রবগুম যমুনা অদুম য়াতারি। অমুকসু কৌই, তাখিদ্রে। মবুংনা মমায় মায়থোং ওম্থোকপীগে য়েংলুবদা যমুনাদি পুমলেক লেকথরম্লে। চাওঙৌবনা যমুনাবু থাদা কোল্লে, নোংখোমবগুম কপতুনা হন্না হন্না কৌরক্লে, অদুবু পাউখুম অমত্তা পীরকখিদ্রে। সমরেন্দ্র লৈমা অনীমকসু যমুনাবু কোন্দুনা হন্না হন্না কৌরক্লে। অদুবু অরেম্বনি। অঙাওবী ওইরবী মমা থাগোইনা মার মারদুনা, মচা পীয়ু তক্লরে। হায়রকই, "ইমাঙ্গী ইবেম্মা অশোনবী নমাবু থাদোক্তুনা কৈদা চৎলবগে?" ফনা চোংজে যমুনাদি তাখিদ্রে।

যমুনাগী তাইবং পুন্সি খোঙচৎ অরোইবা তোর্বান চাংজৌ লানখ্রে। চাওঙৌবনা অঙাওবগুম অহাঙবা পুখ্রী মপান তান্না লাক্লগা ফুরিৎখাউদগী চিঠিদু অমুক ফাক্তোক্লে, কৌরৌ নোংদোন থক্তা ওল্লগা মথন্তা শোল্লকই, "যমুনাদি ঐগী ইচন্নি কোরৌ নোঙ্গাম্ববসু নহাক্লা ঐগী ইপানি। ঐবু অসুন্ন করিগী খনবীখিদে? অৱাবনি, পুন্সি চুপ্পা নংগী নতুং ইনখিবনি ঐহাক, নখোয়না চৎখিবা লম্বী ঐহাক শোয়দনা ইল্লকখিনি। অমদি পাঙথোকচরে, ইচনগী মফমদা নহাককী নপাউ তাহনবা ঙমখ্রে, নহাক্লা শিন্নরকপা অরোইবা ৱাফম অদুমদি পাঙথোকচবা ইতিক নত্তরে, ইচিন অসিনা ফাওবা পনবা ঙমখিদরে, মসিগীদমক ঙাকপীয়ু।"

অসুন্না অইবনা আজাদ হিন্দ ফৌজদা য়াওদুনা মপুন্সি কৎথ্রৱা মোইরাং খুনজাওগী শাজৌবগী শক্তম অমদি পুকচেল, মদুদগী থোক্লকপা মাগী ইমুংগী অৱাবা, কায়নবা কয়া মরীক চুম্না লৈবী।





